খৃঃ ১৯৭০-৭১গী নিও-লিটরেট এডল্‌টকী লাইরিক কাপ্পচসনা
মনিস্তবা মনা ফংলবা।

# খোংথাং অমত্তা

(সামাজিক নাটক)

অইবা: এস: কাংজম

বীণা মন্দির

## অইবগী ৫ শুবা লাইরিক

অফোঙবা:—

শ্রীমতি ধনীশীজ দেবী

নাওরেমথোং,

ইম্ফাল।

লাই য়েকপা:—

এন, মংলেম সিংহ

মালোম

য়োক থাবা:—

এটাম ব্রোস এণ্ড কো:

বাংখৈ।

১ বা থংনম—ফেব্রুয়ারী, ১৯৭১



মমল— ৬.০০

ওইকম থোকপা হক পুম্বা অইবগীনি।

KHONGTHANG AMATADA

( Drama )

I. S. KANGJAM,



ফংফম:—

বীণা মন্দির, নাওরেমথোং

পি: পি: ষ্টোর, জিরিবাম

অমসুং

ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং।

PRINTED AT The Mahabharat Printing works Imphal

# মীশক্ মীওই

## নিপাঃ—

১। শাজো : চহি ৬০ রোম শুব্বা খুল্গী অহল্ অমা।
২। জুগোল্ : চহি ২২ বোম শুববা পাখং, শাজোগী মশুনিপা।
৩। রাবৈ : চহি ৪৪/৪৫ শুববা জুগোল্গী মপা।
৪। তোমাল্ : " " " বাবৈগী মরূপ্।
৫। চাওতোন্ : চহি ৫৮ রোম্ শুববা খুল্গী অহল্ অমা।
৬। কেশো : চহি ২১/২২ বোম্ শুববা ডাওশিনন্‌বা পাখং অমা

খুলগী অহল মরি/মঙা অমগা।

## নুপীঃ—

১। কেতুকী : চহি ১৭/১৮ লোম্ শুববী খুন্‌গংগী লৈশাবী অমা
২। তমুবী : " " " কেতুকীগী মমান্‌নবী।
৩। অহনবী : চহি ৫৮/৫৯ লোম্ শুববী শাজোগী নুপী।

---

* নাটক অসি কনাগুম্বনা শান্নবিগে খনবীরবদি শান্নবিন্ত্রিঙৈদা অইবগী হান্না উন্নবীদনা শান্নবা য়াগনি হায়বা "অয়া-চে" (পার্মিশন) অমা লৌবীয়ু।

—অইবা

# হায়জবা

"খোঙ্থাং অমতদা" হায়বা ঐগী নাটক্তী লাইরিক মচা অসি লাইরিক লাইশু খরা-খরা ইবা পাবা ঙম্লবা মীওইশিংগী ওইনা ইখ্রবনি। লাইরিক অসি নিও-লিটরেচরকী কম্পিটীশন্দা থাগৎখ্রবদা এজুকেশন ডিপার্টমেন্টনা মখিত্তবা মনা পীখিবকখি। মোরমনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবা শেলগী মতেং খরসু পীখিবকখি।

লাইরিক অসি য়াম্না চম্বা মওংদা ইখ্রবনি। ৱাহৈ-ৱারোল শায়হনদুনা ৱনার ফাওব। অমত্তা তপশিল্লদনা চাম্না লৌরনা থাবা খোক্লবা হায়দুনা মগীগী অচুবা ৱনান ফাওবা ওয়েঙলোক্নুনা উচ্চারনতদা ফোঙ্দোক্লবা হোৎনখ্রে। খুদম ওইনা প্রায়শ্চিৎ হায়গদবদা শরাইচিৎ—অমসুম্না বেভার (ব্যবহার), ইসকুল (স্কুল), ইস্কং (ইস্কং) অসিনচিংবা। মসিদা নত্তনা ইখ্রিবা নাটক্তী মওং অসিমু য়াম্না ইচম চম্না, মোরমনা খুদং অমমু শেমগৎনবা হোৎনবদা চঙ্দবা য়াদ্রবা খুল্লা মপুবা লিংথোল মায়বা অমদি হৌজিক্তী মতমদা সরকারনা য়াম্না কল্লা মীৎয়েং চঙলক্লগা অহল্লোনশিংবু লাইরিক হৈহন্নবা হোৎনবা অসিদা মুক্ষ ওইদুনা ইখ্রবনি। অসিগুম্বা মখল্গী অচম্বা মওদা ইরবা লাইরিক অসি লাইরিক লাইশু হৈরবা পাখিরিবা পাখিরিবীশিংদা খুংঙাইতগা অমদি হৈনদবা মওং অমা ওইরদি য়াই। অদুবু লাইরিক অসি লাইরিক-লাইশু খরা-খরতমক ইগা পাবা ঙম্বা মীশিংগী ওইনা ইখ্রবনা খোইদোক্লা ৱারোৌরোই হায়না ঐনা আশা তৌরে।

লাইরিক অসি ১৯৭০গী মে থাদা ইখ্রিবনি। এজুকেশন ডিপার্টমেন্টকী মতেংতনা অসুক থুনা পুথোকচবা ঙমখ্রবনি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মহাভারত প্রেসকা মীওইশিং, এজুকেশন ডিপার্টমেন্ট, মরূপ-মপাং খরা, মালেমদা লৈবা ঐগী মরূপ আর্টিস্ট শ্রীএন, মংলেম সিংহ (লাই চেকপীরকপা) অমদি ব্লোক শাখিরকপা এটোম ব্লোস এণ্ড কো:, —পুম্নমক অসিগী মতেংশিং অসি ঐনা নুংশিদিমগী কাওহরোই।

অরোইবদা ঐনা হায়জরি মখুদি ঐগী মরিক চাত্রবা লাইরিক মচা অসি সাহিত্য প্রেমী ওইবা মীতৈ ইরৈবাকচা পুম্নমক্না হরাওনা স্বাগত তৌখিগনি।

১৫, ফে: ১৯৭১ —আই: এস: কাংজম

# 'খোঙ্‌ থাং অমতদা'

## অহানবা তাংকক্

### ১ বা উৎপা

**শাজোগী মুমঃ – মাংগোল**

(শাজো খুলগী অহল্ অমনি। মংগোলদা কমলগা পৈয়া শিরি। মনাক্তা ঙান্থক্তি পান্দবা হিদাকফু অমা খিল্লি। হিদাক্ফুত্থ তোংজৈ প'ললি।)

**শাজো**– (পৈয়া শিনা শিনা) অহনবী! তারিবরা অহনবা? হিদাক্তো ঙান্থক্ অমতগা হাল্লক্খো। হংগেন্ খরা লৈবি। নুমিৎ তাদরিঙৈ অ'সদা লোইনবা শিংদকলগ। পৈয়াসে খরা য়ামনা শিদবা য়াবোইংদোরি। য়াম্নবু চঙ্গদোরনে। যুম্ সিমদি লোয়না মনা শিন্গে খল্লিদো। মমাঙ্ শঙ্গোয় অসিমু য়াঙ্তেক্ তেক্হৌদরবদি কুম্‌শি নোজু থাদি য়াম্না য়ুদোরিয়ে। আ—তারিববা নংবো? হিদাক্ হায়বদুবু হাল্লিংবরা?

**অহনবী**– (ইমুংদগী) হাল্লি-হাললি, ঙহাক্তমু মঙায়য়ু হায়বা। হায়বু হায়জিল্লক্লবদি পোরোক্ পোরোক্ নহা নংতরবনিনা অথুবা নংবদি ঙম্দরে।

**শাজো**– পঙ্শাও শাংজিল্লক্কনু। হাল্লিবরা হান্দবরা

হংবনি। শিরমদাই য়োৌববসিদা নংসি চীনফেন্ ওন্‌থোক্‌না ফগৎলক্‌লেদা।

অহনবী— ( হিদাক্ ভানথক্ অমা পূদুনা থোরক্‌লগা হিদাক্‌ফদা পান্‌শিন্-পানশিন্‌না ) অহল্ ওইববনিনা ঙম্‌দবে। মীবোলনগা লৈতবনে, হন্নুবা নংনা অমা পঙ্‌ভাঙদা ঙাঙ্‌গলম্লিবা। ক ননদে মপুবোক্, ইশু জগোল্‌সে মযুম্ পাল্‌হল্‌নবা তৌবসি। মপা অঙাওবশিদি যুথক্‌পগা জুরায় শান্নবগদা মচা মযুম্ পাল হলগনিকা খঙ্‌বী পোৎ নংতে। ন-ঐ লৈবিড্‌সিদা ইশু সিদদি নিংথিজনা মযুম্ মকৈ পাল্‌গনহনা লৈহন্‌সি। মানবু নিংথিজনা লৈহৌববদি ঐখোয় অনি শিববসু খুযা তুশিংলনি। শিদবিডেদসু ইশু মুপীত্তমা লৈববদি থবক্ ইনথাংকাসু খরা কোম্‌গনিদনা। নৎতরবদি ঐ লৈশাবী মচা শাবসিদা ওনথোক্‌না য়ারে।

শাজো— [ তোংজেত্নু মচান্‌না চূপ্‌লগা পোবোক্ পোবোক্ চিংদুনা ] ঐম্নু খন্‌বা কুইববনি। মপাসিদি মপা হায়রতুনি। মচা অমা পেকুই হায়বগীসু করিমতা খনদরবা মসিনবু ইশুগী মযুম্ পানবগী য়া খনলম্‌গদবা? অহবু ইশুদসু অমুক্তং হংদোক্‌পনা ফৈ। য়ানিংলম্‌দরবদি নম-হাত্তুনা তৌবা হায়বদো ফংতে।

অহনবী— য়ানিংদরবসু থেম্‌গদোরিবনি। হয়েং ঐখোয় শিখরগা করম্ তৌনি খঙ্‌বরা? অঙাংনিনা মথোংঙ্ মরম্ খঙ্‌দববদি ইমুং কাংখোং চাহনি। ঐখোয় লৈবিড্‌সিদা নিংথিজনা খঙ্‌দ হৈতবা তাক্ খোংতুনা তম্বীরম্‌গদবনি। মপুবোক্‌না

চংথোক্পদা মবম্ ওক্পা মুপীমচাকা অত্থুক্ তাশিললকউ। হৌজিক্কী মতম্ অসিনদে অকবা মুপী থিগদবসিমু ফনা লুরে।

শাজো– মুপীমচাবু দি অমা লৈনে। নংনা পাম্দে হায়রবদি খঙ্দবে, ঐদি ফনা কৈ থল্লি।

অহন্বী– মপূবোক্নবু করম্বদি কৈ কৈনো। কদাম্বরাইদগী মুপী মচানা? কনাগী মচানে'নে?

শাজো– অথ'প্পকা নংতেদা। নক্মল্লি হায়রুনা ন'না পাম্দবগী রাদি খঙ্দরে। চাওতোন্গী মশুমুপী অমা লৈরিবসে মরমসু ফনা ওক্না উই, মশক্সু কাবক্ মফজে। অসিতুম্ ইশু-মুপী ওইশি হায়রবরা?

অহন্বী– হোয়নে মপূবোক্, কাবক্ চাওজরে অঙাংদা। ফনা ইঙনসু উই। ইশু জুগোল্গী হায়রুবা মাই। মখোয়না নৌমল লি থাম্বখিরোই হায়ববদি খঙ্দরেকো।

শাজো– চহি তরামঙা তরাতকুক্তি মশুররিগনি। মপূবোক্ চাওতোন্দো ঐনা হায়রবদি মম্বাগনি। তৌবদ'দ ঐখোয়গী ইশুদা হানবা হংদোক্তদি মীগী মচাদু হানবা হায়রুবা য়'দরি।

অহন্বী– চুমই অত্থুবদি। রাসি কোনবা ঙাঙনবসি, ঐ থবক্ থবা লোইথোক্লুখিগে।

শাজো– হোয়দা, হৌজিক্ হোরেল্গী রা নংতে। কোনবা তপনা নিংথিজনা থনবসি। ঐসু লুমিং তাদাবাঙ সনা লৈরিবা

হৃংগেন্‌সিদদি লোইনা শিদোক্পা ঙম্‌ববা য়েংগে।

(অহন্‌বী ইমুংদা চঙ্‌থি। শাজো হিদাক্ চিংনা চিংনা পৈয়া শি। মশুনিপা জুগেল্‌ মপাল্‌লোম্‌দগী লাকই।)

জুগোল্‌— ইপুবোক!

শাজো— ইশু হল্‌লক্লববা? নফি নয়োল্‌ হেংংদোক্লুরা। য়ায় বিনি, ওহাক্ পোংথাও। নংনা চৎলুবা থবক্‌তুদি মহৈ য়াল্‌লক্‌লবরা?

জুগোল্‌— মহৈ য়ান্‌বা য়াই ইপুবোক্‌। অদুগা ইপুবাক্তা য়া অমতগ হায়জগে।

শাজো— করি য়নো হায়য়ুনে?

জুগোল্‌— ঐখোয়গী মমাঙ্‌ শঙগোয় অসে ঐ থবক্ শীজিন্‌নরগে।

শাজো— করি থবক্ তোগে হায়রিবনো? চইরিবসি কা অমা শংদেক্‌লগা শীজিন্‌নৌ।

জুগোল্‌— কা অমতা নৎতে ইপুবেক্‌। শঙগেয় অসিমা শীজিন্‌নগদৌরিবনি।

শাজো— অদুদি কদায়দগী ইবুংঙো। পোৎ চৈ অমুক্ য়ামনা থমনরিবসিদি। ইসু য়ামনা পৈরি। চাইরিবা ময়াম্‌সি কদায়দা লোইশিন্‌খিনি?

জুগোল্‌— শীজিন্‌নদবা য়াদরবনি ইপুবেক! চইরবা পোৎ চৈশিংসে মানিংদরা ময়াদরা লোইশিন্‌খবা তারে। ই অসিদি কুপ্‌স্রু কুপ্‌নরগদবনি। শুমাঙ্‌ মচাদা মতম্‌ থরা থম্লবগু য়াই

শাজৌ - তৌগদৌরিবা থবক্‌ক করিনোনে ইবুংঙো? মরমঙুদদি থঙ্‌হল্লুদনা ইপুদা।

জুগোল্‌- ইপুবোক্‌, ইসকুল্‌ (স্কুল্‌) ওইনগে তৌবনি।

শাজৌ- ইসকুল্‌ হায়ববু নখোয়গী অঙাংসিং লাইরিক্‌ তমহনবা শঙ্‌ মচাহু নৎতরনে?

জুগোল্‌— মান্নি ইপুবোক্‌, মহুগুম্বা ওইনগে তৌবনি।

শাজৌ— ইসকুল্‌ লৈরিবসিদি?

জুগোল - লৈরিবা অসিদি ঐখোয়গী খুলগীমু নৎতনা। মীগী খুলদা লৈবনি।

শাজৌ- নৎতে ইবুংঙো, নংনা হায়রিসিবু মখোয়গী খুল্‌গী ইসকুল্‌সিদা ঐখোয়গী খুল্‌সিগী অঙাং লাইরিক তম্বা য়াদে হায়রবরা?

জুগোল - অহুদি হায়দে, হায়বগী মতিক্‌মু লৈতে। সরকারগী ইসকুল্‌নি।

শাজৌ- অহুদি জুগোল্‌, ঐখোয়গী খুল্‌গী অঙাংসিংসে লৈরিবা ইসকুল্‌সিদা অহুম্‌ তম্‌জসনু। শঙ্‌গোয়সিদা অমুক্‌ ওইশিল্লগা য়াই চিন্নবা, লাঙ্‌নবনি।

জুগোল্‌- মখোয়গী খুল্‌গীমু লৈজসনু, ঐখোয়গী খুল্‌গীমু লিংগদৌরিবনি।

শাজৌ-- খুল্‌ খুদিঙ্‌গী ইসকুল্‌ লৈরগা করি কান্‌নগদৌরিবনো?

জুগোল্‌- কান্‌নদবদি হায়রুগমু ইপুবোক্‌, ঐখোয়গী খুল্‌সিদা ইসকুল্‌ অমা লৈরবদি ঐখোয়গী খুল্‌ অসিগী য়াম্না কান্‌নগনি। মীগী খুল্‌ তান্না চৎপা ওমদবা অপিকপা

অঙাংশিংশে ঐখোয়গী খুল্সিদা ইসকুল্ লৈরবদি নৌনা লাইবিক্ তমগনিদনা। লাইরিক্ তম্দনা লৈরিবা অঙাং-শিংগীসু নমত্তুনা লাইবিক্ তম্হনগনি। য়ম্নমক তমবা ঙম্দরবসু থবা থবদং তমত্তুনা মমিং ইবা ফাওবদা ওইববসু হৈজরবদি কান্নৈদনা?

শাজো– অদু ওইবগা মীগী লৈরিবা অসিগুম্না ঐখোয়গী খুলগীসু লন্হৎদা শাজনি মরাইনা। ঐখোয়গী শংগোয়সিদা অমুক্ চবাঙ্-চারাঙ্ কবি কান্নগদগে ?

জুগোল্– লন্হাংদা কনানা শাবিগনি?

শাজো– সবকারনা শাই হায়বদাইনে? সবকারদা হায়বগা মরাইনা শাজনি।

জুগোল্– ইপুবোক্ সবকারদি শাবিয়ু হায়বগা হেক্তা শাবিগদবা নৎতে। হান্না খুনজা ঐখোয়না রাগা চক্লগতনা ওইরবসু শাজগদবনি। ইসকুল্ অদু চাওখৎনবা খুনজা ঐখোয়না হোৎনজগদবনি। হৌজিকনা শাবা ঙম্দরিঙসিদা ঐখোয়গী শংগোয়সিদা ওইনগে তৌবনি।

শাজো– অদুদা জুগোল্, ইপুনা হায়বদি অঙাং ঙাকতনিনা রাই-মুং ইচাই চাইনি, ইংখোল্দা য়েন্শাং মপান্বী অমা ফাওবা হৌবা ঙম্লোই।

জুগোল্– ইপুবোক্ ঐখোয়গী ইংখোলগী মনা মশিং মপাম্বী থরা মাঙ্বা, অমদি রাই চাইগনি মুংশা থীদুনা খুনজা পুম্নমক্কী থুদোংচাবা ফংগদবা অসে মাঙ্হন্বদি ফংতে।

নশুনা থনজরিবদি অভাংশিংদা নংতনা ইপুবে কখোয়নচিংবা অহল্লোন্শিংসু মুমিদাংরাইরন্না করিনো অশংবা মতম্দা তম্হন্গে খল্লি।

শাজো– করি হায়বা জুগোল্? ইমং ইখুংনা লাম্বা ফংলবা হুমবা ঐখোয়না লাইরিক তম্লগা করি কান্নগদৌরিবা? নংতে, নগী নবেন্বাক অসিবু হৌজিকপু লাইরিক্ তম্হল্লগা করিনো তৌগদৌরবাসবু ?

জুগোল্– রাখল্ লান্না থনবাগমু ইপুবোক্। মীওইবগী পুন্সিদা হেক্ শিদরিকাগবা তম্বগী লোইবা নাইবা নৈতে। অহল্ ওইরে হায়রুনা তম্লোইদবা নংতে। ইপুবোক্খোয় অবোক্ খোয়মু মমাংদৈদা তম্হৌদরবসু হৌজিক্ তম্গদবনি। মিংতা ওইরবসু ইবা চৈনবা হেংংনদবনি।

শাজো– ইবুংঙো নংগীসি ওইদবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা অহল্ অমতা য়ারোই। লৌ-শিং র না শুক্রগা ঙহাক্ পোংথারুনা মচা-মশুশিং য়েংজরগা পেনজ্রবা খুল্গী অহল্শিংসিবু হৌজিক্ পু লাইরিক্ তম্উ হায়রবদি ইশি শিনা নোক্কনি। বুধি (বুদ্ধী) লৌশিংসু লোইনা ফক্চিল্লবা তুম্মমদাইদা পাল্ লৌবা তাগনিদা।

জুগোল্– অচুম্না থল্লবদি কদায়দগী লৈবাক্ অসে চাওখংপা য়ারগদগে

জুগোল্– ইপুবোক্, তম্বু তম্লবদি শা উচেক্ ক'ওবা হৈরি বসিদি। তেনরানা মীরোল্ লোল্লিবসিবু তম্দরবদি কবম্না

লোল্‌গদোঁরিবনো ? ঐনা হায়বা থাজবীয়ু ইপুবোক্‌। হৌজিক্‌ তিনে ইপুবোক্‌খোয়গুম্বা অহল্‌সু লাইরিক্‌ তম্‌দবা য়াদ-রবনি। সরকারনা হৌজিক্‌ অহল্‌শিংবু লাইরিক্‌ তম্বীনবগী থবক্‌ কন্না পায়খৎলক্‌লবনি। লাইরিক্‌ লাইশু ফাওবা লেম্না পীরকক্‌নি। ইপুবোক্‌না কান্নরোই খল্লিবদো, অহুগুম্না ভারততা লৈবা অহল্লোন্‌শিং অয়াম্বনা খল্লি। অহুবু তম্‌লবা মতম্‌দদা কান্নবা খঙ্‌লক্‌ই। ইপুবোক্‌নচিংবা ঐখোয়গী খুল্‌গী খুনজাশিং অসিসু তম্‌লবা মতমদদা মসিগী কান্নবা খঙ্‌লককনি। খুবী সোই তৌবগী মহুৎতা মিং ইবা হৈবদদা ইপুবোক্‌না ইবায় লায়না নশু ঐ হোৎনজ-মনগী কান্নবদো অসিনি হায়বা খঙ্‌বীগনি। মসিনা ঐগী কান্নবা নংতে। হৈরিবা মী মশাহুগী কান্নবনি : লৈকাইগী, খুলগী, দেশকী কান্নবনি।

শাজো— ফয়নে অহুবুদি, তম্বীনবা ওজাদি কনা কনা লৈরে ?

জুগোল্‌— ঐখোয়গী খুল্‌সিদদি লাইরিক্‌-লাইশু হৈবা কনাসু লৈতবনিনা নশু ঐনা অসুম্‌ হোৎনজবা তাই।

শাজো— থংনবা খুল্‌গী ইসকুল্‌ অসিগীদি অা ইন্‌কালদগী ওজা অমা লাকপদাই ?

জুগোল্‌— মখোয়গী ইসকুল অসিদি সরকারনা লৌরবনিনা সরকারনা থারকপা ওজানি।

শাজো— ঐখোয়গী মনা তৌগে হায়রিবসিদি সরকারনা লৌরোই-দবা ?

জ্ুগোল্— কোন্না মরাইনা লৌজরক্কনি ইপুবোক্। খুনজা অপূম্বসিনা থৱায় য়াওনা হোৎনরবদি সরকারনসু শোয়দনা মতেং পীরক্কনি।

শাজো— অদুগা ইবুংঙো, নংনা হোৎনজবগীদি কয়াম্ ফংনি?

জ্ুগোল্— কদায়দগী ফংবনোনে ইপুবোক্। ফংবদি হায়কপসু, ঐনদুম্ পুথোক্কদৌরিবনি।

শাজো— করিনোনে নংনা হায়বিসিবো জ্ুগোল্? লাইবিক্সিবু নংনা তম্বীগদবা নৎত্রা?

জ্ুগোল্— মান্নি, ঐ নৎতদি কনাসু লৈতে।

শাজো— অদুদি ওজা হায়বদুনিনে? ওজা ওইবসিবু তলব ফংবগুম্ তৌবদাই?

জ্ুগোল্— ওজা ওইববুদি তলব ফংডি। অদুবু ঐদি ফংলোইয়ে।

শাজো— অদুদি নংনা তৌদৌরিসি ওজা নংত্তবাইরে?

জ্ুগোল্— ওজাবুদ ওজানি, অদু ওইরবসু ঐদি ফংলোই। সরকারগী নৎতবনিনা তলব কনানা পীবিগনি।

শাজো— অদুদি তোক্ও, কান্নদে।

জ্ুগোল্— করিগী ইপুবোক্?

শাজো— তলব ফংলোইদৌবা ওইরবদি কৈদৌননি? য়াম্দরবদা নংবু নখোয়গী মেতবিক (মেট্রিক) হায়বদু পাস তৌরবনি। শেল্ ফংগদবা থবক্ অমা তৌ। নংগী অয়ুক্না অঙাং নুংথিল্না অহল্, শেলসু পৈশা অঙাংবী অমতা ফংলোইদবা, ফংবদি লায়রদুনা নংনদুম্ পুথোক্কনি হায়বা। কান্নদে শেলসু তিংবা

মতমসু মাঙবা ইশাগী থবক শীজিন্নগদবা শংগোয় অসিসু ইসকুল্নি হায়বুনা লম্ কন্শিনহনা থন্বা,কান্নফম মচেং অমা ফাওবা ফংলে'ইদবা থবক্তো ইপু পাম্দে। তৌ-লাক্কসু জুগোল্।

জুগোল– ইপুবোক্, নশুনা হোংনজগে খন্লিবসে কান্নব' ফল ফংলোই খন্বীগনু। মাঙ্গদৌবিবা মতম্, তিংগদৌবিবা শেল্, লম্ কনগদৌরিবা ঐখোয়গী শংগোয় খুল্ অসিগী চ ওখংনবগীদমক্তনি। খুল্গী চাওখংলগা ঐখোয়গী চাওখং-পনি। ঐখোয়না চাওখংলগা দেশকী চাওখংপনি। দেশকী সেবা তৌবদবু অমাঙ-অতোং থিবা য়াববা ?

শাজৌ– নংবু দেশ-সেবা পাম্ববনে জুগোল? নং অসে ওনথোক্না পঙথরে। ভোট লেপ্লগা ফম্ মুন্নহনা তৌরিবা দেশ সেবা অসিবু করি কান্নবগে ?

জুগোল্– মহুগী মতৌ অতৌদি ইপুবোক, নশু ঐদি দেশ সেবানি হায়নিংদে; রাজনীতি ললোন্বনি। ঐনা দেশ সেবা হায়জবদি লৈবাকক্কী পবজা [প্রজা] মীয়ামগী কান্নননবা তৌবা অহুবুনি।

শাজৌ– অহু ওইববসু জুগোল, ইপৃদি নংগী থবক্সি ইপাম্ পাম্দে।

জুগোল্– মহু হায়বীগনু ইপুবোক্। নশুনা তৌনিংজবা থবক্তি ইসকুল্ অসিদা নংতে। ঐখোয়গী খুলগী লৈরিবা পুখরি অসিসু শেম্নবা সোরোক অচৌবা য়েৌবা ফাওবা চংলিবা লম্নী

অসিসু নোংজুথাদা লৈখোম খোকলিবসি ফনবা, অদুগা থুল অসিগী শা-শল্শিংগী মশা ফনবনচিংবসু হৌরম্ কয়া অসিদা থবক্ পায়খৎকে নিংজরিবনি। পুম্নমক্ অসে ইতৌ'মতনা ডম্বা নংতে। খুনজা অপুম্বনা অমতা ওইনা লিজেন্ মান্ননা হোৎনরগতদা পুম্নমক ওইবা ডমগদৌবিবনি। অদুনা ইপুবে'ক্না নশুগী থবক্ অসি শিংবিবগী মহুৎতা কৈরে'ল্ লৈক'টগী ইপা ইপুশিংদা চৎতুনা লাইবিক্ তম্শি, অদু তৌসি অদা তৌসি হায়না থবদুম্ হৌবিয়ু।

শাজো—ঐবুসু তম্উ হায়রিববনে ?

জুগোল্— তম্গদবনি ইপুবোক্, মীঙৌনদগী শেল্ পূবদা, করিগুম্বা অমা লৈবা য়োন্বা তৌবদা মিং ইবা হৈতদুনা খুবিদা মুক্ তৈশিনলগা সোই তৌবদুবু মুংডাইববা ? চেদুদা কবি ইরি হায়বদু থডদ্রে। য়ান্দববদা থরা থবতা ওইববসু ইবা পাবা ডমনবা তম্গদবনি। মসিদা ইপুবোক্, অহল্ ওইবে হায়রদুনা ইকাইনিংডাই করিসু লৈতে।

শাজো— খডদ্রেনে জুগোল্ নংগী থবক্সে। নশাগী কান্নবসু অমতা নংতে।

জুগোল্— ইপুবোক্, খুল অসিগী চাওখৎলগা ঐগী চাওখৎপনি। খুলগী কান্নবনা ঐগী কান্নবনি। শোংথহৌরবা ঐখোয়গী খুল্ অসে খুবজা ঐখোয়না হোৎনজদুনা চাওখৎপগী লম্বীদা চৎপা ডমনবা তৌজগদবনি। খুনজা ঐখোয়নবু হোৎনদরবদি সরকারবদি করিসু খঙবীবোই। সরকারদি ঐখোয়না হোৎন-

রগতা মতুদা মতেং পীবক্কদোবনি। খুনজা পুম্নমক্না অমতা ওইনা হোৎনজুনা ফজনা পুখৎলবদি লিংখৎকদোবিবা ইসকুল, অসি মতম্ থরগী মতুংদা সরকাবনা লৌশিনখিন, অহৈবা ওজাস্মু থারক্কনি। লম্বী শেন্বগী নুং থানবা শেলস্মু পীবক্কনি। পুখবীগী শন্বল থানবা, শীডি চন্নবা মতেংস্মু পীবক্কনি। পুম্নমক খুননিদা লৈবা খুনজা ঐখোয়দা লৈবে। ঐখোয়নবু থরায য়াওদবনদি তৌকলবা অঙাংশিং লাইবিক লাইশু নিংথিন, তৈবরোহ। চহি খুদিংগী লম্বী লৈখোম্ থোক্কনি। খুলগী পুখবী অসি হুপ্লংনা অস্নুম্ কপ্শিনজুনা লৈবনি। অস্নুমনবু তৌববদি ঐখোয়গী থুল্ অসে চাওথৎপগী মহুৎতা অমম্বা লৈচন্না অস্নুম কপ্তুনা লৈবনি।

শাজো— হোয় হোয়, নংনা নথরাবনা মপাংমলবদি তৌরো।

জুগোল্— অহুগা ইপুবোক্, শংগোয অসে যাম্না হোরে। নেং লাক্তবিঙেদা য়াউতেক্ থরা তেক্শিনবা তৌবিয়ু।

শাজো— হোয, শংগোয অসিগী য়াঙ্তেকস্মু তেক্কদোবিবনি। যুম অসিস্মু মনা শিনদবা য়াদবব্ন।

(রাবৈ যু ঙাওবি ঙাওরি তৌনা লাক্কই। মহাক্ লমচং চুমদবা যু য়াম্না থক্পা জুরায় শানবা নিপা অমনি।)

রাবৈ— ইকুবোক্পু! (খুবমই।)

শাজো— অতো, কবিনো নংনা লাক্থোক্তনা লাক্পবু?

রাবৈ— ইবুংঙো উন্নগে লংকপনি ইকুবোক্।

জুগোল্— করি মরম্গীনো পাজ্ৰী ?

রাবৈ– এঃ লৈ ইপা-ইচা ব্রা ভাঙ্নগদবা।

জুগোল্— করি হায়বিগদবা নচাদা ?

রাবৈ– ইপা হন্দক্ শেল্ খরা চিল্লি। মঙোন্দগী শেল্ খরা লৌগে লাক্পনি।

জুগোল্– কয়াম্ য়ামবা শেল্নো ? নচাগী শেল্বু অমতা লৈজ্রদে।

রাবৈ– অবৈবা খরা পীয়ু। য়াবগন' লুপা কুন্ কুন্থরামুক পীগে হায়বরা ?

জুগোল্— লুপা কুন্ কুন্থরাদি লৈজ্রদে। নচাগী খরচ ওইনবা লুপা মঙাদং লৈজ্রে। সি ওইনা পুবিখো।

(ফুরিৎখাওদগী লৌথোক্তুনা পীগে তৌই।)

শাজৌ– জুগোল্!

জুগোল্– ইপুবোক্!

শাজৌ– কনাদনো নংনা পীগদৌরিবা শেলদো ?

জুগোল্— পাজ্ৰীদা।

শাজৌ– পাজ্ৰী হাম্নবদি ? ওক্তবা শা অসিবু নংগী নপারা ? মঙোন্দা শেল পিবা য়াদে।

রাবৈ– ইকুবোক্তগী লৌজবা নংতে। ইচাদগী লৌজবনি।

শাজৌ– নচা হায়বদি ? নংবু নচা মুংশিবা খঙ্লিবরা ?

রাবৈ– জুগোল্ অসে ঐনা পোক্চবা ইচানি। কক্পম্ভ ভম্লোই-দবা মপা-মচাগী মত্রী অসে ইকুবোক্না কক্থৎপীগে হোৎন-বীরিবরা ?

শাজো— রাবৈ, নতু-নচাগী মরীদি নং নশানা করুথৎচবনি। পোক্‌-
পদগী ঙসি কাওবদা ওইরিবা জুগোল্‌গী কিভম—পাখং
কাহুনা মেতরিক্ কাওবা তম্‌জরিবা অসিদা মপা ওইবা নহাকী
পৈশা অভাংবা অমতং, চেং মরু অমতং য়াওবরা? ইচানুপীগী
ঐন্ উন্‌থিবা পোৎ-চৈ শন মপী মচা কদায়দা চৎখরে? ওম্ন-
মক্ নংনা জুরারদা থাদোক্‌থিবা নৎতরা? মশা রাই শংদরবী
নুপীবু অইঙবা লৈমায়দা কি থাহুনা হিপহল্‌লগা কাংখোল্‌বু
জুরারদা থাদোক্‌পা ঙম্‌বা নংবু করমবা মীনো?

রাবৈ— ইকুবোক্‌না অতুক কুপ্‌না য়েংশিন্‌ক্রম্‌-ভাঙক্রম্ থোক্‌তে।
ঐগী নুপীগী মপোৎ-মচৈদি ঐগী ইপোৎনি।

শাজো— মপোৎ ম'চবুদি নংগীনি মহায়বা; অতুগা মশাবুনা করিমু
থওইনা তৌবিদবা। নহাক্‌কী কৎতরবা নরম্‌চৎ অতুনা
নৌনা ইচাগী মপুন্‌সি কেম্‌থরিবনি। ইচা অতুনা শিরম্‌-
দাইদা নংবু উননিংহুনা হায়বা মতম্‌দা নহাক্‌না য়ু ভাওরগা
জুরায় শান্‌নহুনা লৈথোক্‌পা ঙম্‌বা নৎতরা? শোরাৎ শোলম্‌দা
ইদমু য়ু ভাওশিন্‌নরগা পৈশা মরি কাওবা হাপ্‌তবা, পীক্‌লিবা
নচাবু হন্‌না কাওবা য়েংদবা। অতুগা ঙসি চাওরহুনা মপান
চারম্‌দাই মতম্‌দা নচানি হায়না নিংশিংলক্‌লবরা?

রাবৈ— হোৎখরবা পুরান্ ফাক্‌কৎপীহুনা তুকা থৌবিয়ু হায়না ইকু-
বোক্‌তা হায়জবা লাক্‌পা নৎতে। ঐদি ঐগী ইচা উন্‌নবা
লাক্‌পনি।

শাজো— উন্‌নগদবা উন্‌নরো, ভাঙনগদবা ভাঙনরো। শেল্ থুম্

লৌবগী ল্লাফম্দি শুকয়া ম্লারোই। জুগোল্ ওসি ফাওবদা পৈশা অডাংবী অমা ফাওবা তানদ্রিব্রি। মঙোনদা লৈরিবা শেল্ অসিদি ঐনা ইশুগী থরচকোদমক্ পীবনি। নহাক্কী জুবার শান্ননবা, য়ু থক্নবা নৎতে।

রাবৈ— অহল্নি হায়রুনস্সু মী অমনা মী অমদা ডাঙ্গদবা ব্লা—।

শাজো— নংবু মীরা? নহাক্তি লম্চৎ নাইদবা মীমুংশি লৈতবা শানি! মখোঙ্ অনি পান্বা শা।

রাবৈ— জুগোল্, নংবু পোক্পা নপাবু অথীবা মীচৈ অসি তাহুনা কয়াম্ কুইনা মকম্ অসিদা লৈহন্খিদোরি? শেল্ পীগেরা? পীর্লোই-রা? পীগদবা ওইরবদি পরপ্ পরপ পীর্লো, ঐ চৎথরগে।

জুগোল্— ইপুবোক্।

শাজো— ঐনা পীবা য়াদে হায়রিবসিনি জুগোল্।

রাবৈ— জুগোল্, নপুবোক্ হন্নবা অসিনা লুবরা? নৎতরগা অপোক্পা নপা ঐনা লুবরা?

শাজো— ঐগী ইশুদা ব্লা হংগন্নু। ফংলরোইদবা শেল্ করিগী মীকারিবনো? কান্নফম থঙ্না শীজিন্নগদবা ওইরবদি পূরবস্সু লঙ্লবস্সু নানা পীম্লু হায়রবা শেল্ পীগে। অদুদি নৎতহুনা য়ু থক্নবা, জুবার শান্ননবা শেল্দি শুক্লৈ লৈতে। চৎখ্রো চৎলো।

রাবৈ— করিগুম্বা চৎতরবদি করি তৌবিগে হায়বা?

শাজো— অদুদি নমায় পান্দবা শাগী লম্চৎনি। থুনা চৎথর্লো

চৎলু। নৎতরবদি হংগেন্ অসিনা ক্ষদরৎ ক্ষদবৎ কনম্বুনা তান্নি।

রাবৈ– কৈ, চৎলে। জুগোল্, ঙসি ন'না অপোক্পা নপা ঐবু মীয়ায়বনিকো।

(রাবৈ শাওনা চৎখি,। জুগোল্, তঙক্ তঙক্ য়েংদুনা লৈহৌই। )

শাজৌ– জুগোল্ নপুক্নিং মুংঙাইতবা তৌগনু। নহাক্কী নপা অসে ওন্থোক্না ওক্থিদরে। মঙোন্দা শেল্ পীবদি অপাৎপদা হয়িং থাজিন্‌বনি। নহাকনা পাম্লিবা খুল্‌সিগী চাওথৎনবা হায়বদো মতুদা নথরায় য়াওনা হোংনৌ। ইপুনা নংগী চঙগদবা শেল্ পুথোককনি।

জুগোল্– নগুগী ইরাইবক্ ক্ষবনি।

(জুগোল্ তুমিন ইগুংদা চঙখি। )

থাওমৈ মুৎপা

---

## ২ শুবা উৎপা

### লমবী

(কেতুকী অমসুং তমূবী খুল্গী লৈশাবীনি। মংথোয় অনি সনাবুন্ অমমম্ পায়রগা ৱারী শানা শানা ঈশিং শোক্পা চৎলি।)

**তমূবী—** কেতুকী, তামো জুগেল্সে য়াম্না ফৎতর ?

**কেতুকী—** করিবু ?

**তমূবী—** য়েংডুদনা মানা তৌরকল্লিবসে। ঐখোয়গী পুখরী অচৌবসে অকোয়বা শম্বল খাজিল্লে। শা-শল্ চঙ্বা ঙম্দ্রে। ঈশিংস্বু লূরে। থোংগবাগী মহুৎতা করিনোমসু শানি হায়রে। নুংকা য়াম্না পৈরিবদু মহুগী ওইরমানে।

**কেতকী—** মী থরনদি তামোনা তৌরিবসে য়াদে। থরনা মথো লৈতবা অভাওবগী থোদোনি হায়রে।

**তমূবী—** কেতুকী, নংদি তামোনা তৌবিবসে কৈ খন্বরা ? ফৎতে খন্বরা ?

**কেতূকী—** কৈনা। পুখরীগী শম্বল্ খাবিবকাসে ফৎতরনে ? নোংজুথাদা লৈখোম্ য়াম্না থোক্পা লমবী অচৌবসে মুং থানিসু হায়বগুম্ তৌই।

**তমূবী -** হোয়নে কেতুকী। মসিগী লম্বীসিদা মুং থাহনা লৈখোম্ থোক্তরবদি ফগন্নিদা। চৎতবদি য়াদ, নোংজুথাদা খুকউ য়োবদো ওন্থোকনা তন্দরা ?

**কেতূকী—** অহূদনে তমূবী, ঐখোয়গী খুল্গী মীশিংসে মবুক্ ফৎতবা য়াওই। খুল্ অসিগী অহুক্ ফনবা তৌরিবা তামোসিবু মশাগী ওইজবা তাল্লিকাসু হায়রবীরে।

তমুবী– অদুবুদি কেতুকী, অমনা তৌবা থবক্তা অমনা থানদবা, য়েংশিন্বা হায়বসে মীওইবগী হৌনবী ওইরমান্নে।

কেতুকী– অওইনি, মীশিংসি ওনথোক্না ফংনখিদরেদা। অফবা থবক্তবু য়েংপস্থ হেক্তা য়াওই।

তমুবী– অয়েংপা মীশিংসে ওন্থোক্না মুংশিখিদরে। তামো জুগোল্না মশাগী করিমতা থন্দবমথৈ হোংনরিবসে করিমতা খঙদে। মশাগী শংগোয় ফাওবা থাংদোক্তুনা অঙাংশিং লাইরিক্ তম্বীরি। মপোং মচৈ, শেল্ অমদি মশাগী মতম্ মাঙ্বা মখৈ লৈকাই অসিগী থবক্ তৌরিবা ম'সিবু করম্না ফংতরিবনো খঙদ্রে।

কেতুকী– মী ফংতবা হায়বহুনি তমুবী।

তমুবী– অদুগনে কেতুকী, তামো জুগোলননে গনধা ( সাঙ্ঘ্যা ) রাইদনে ঐখোয় ইপুরোক্হোয়কা হন্নবা থম্মু লাইরিক তম্বী।

কেতুকী– ঐখোয় ইপুরোক্তি তম্মু য়াদে। শিরম্দাইসিদা করি কান্নগনো হায়য়ে।

তমুবী– ঐখোয় ইপুরোক্তি করি করিনোকাস্থ ইবা হৈরে। ঐস্থ হৈনিংঙিবা কেতুকী। নংদি হৈনিংদরা?

কেতুকী– হৈবুদি হৈনিংঙি। অদুদা তমুবী, মুপীগীদি তৌদমান্নে।

তমুবী– তামো জুগোলদা ঐখোয় মুপীস্থ থরা তম্বীয় হায়রবদি য়াবা য়াইনা। মতুদি নংনা হায়বগা য়ানি। নংনা থরা খঙন্বা হেন্ননিনা।

কেতুকী— কবিনোনে তমুবী, থম্না খঙনবা হেনবা হায়রিবহৌবু ?
নংদি· খঙনদবা ? হায়বগী রাদি নংনা হায়বস্লু ঐনা হায়বস্লু অমুহানি।

তমুবী— অছু ওইববস্লু ইবেম্মা, নংনা হায়বনা খিৎ মফৈয়ে।
নংনা মরী-মতা, ঐনা মীতোপ্।

কেতুকী— কদায়দগী মরী-মতানোনে তমুবী নংনা হায়রিসিবু ?
পোকমিনবা ইবুংস্লু নৎতবা। চুম্না নৈকাইগী ইবুং অমনি
হায়বগী রাদনি। নংস্লু ঐস্লু চপ মাননৈ।

তমুবী— হায়নুকো কেতুকী, রা লোৎপা ফৎতে। খঙঙবোইদবোই
নিংবরো ?

কেতুকী— নংনা খঙঙিববু কবিনো ঐদি নঙোনদা করিমতা লে ৎতেনা

তমূবী - হোয়নে ইবেমমা, লেংতে। মৈবু কিনা কুপতুনা থম্বা
য়াবদোনা। মী খুদিঙমক্না খঙনরবদা।

কেতুকী - তমুবী, ঐগী মরম্দা মীনা কবি খঙনববগে ? ঐদি
নংনা হায়রিবদা করিমতা খঙবা ঙমদবে।

তমুবী— মীনা খঙলোই হায়না খঙদববদবু কদায়দগী খঙগদগে ?
হো ইবেম্মা, নংগা তামো জুগোল্গসে মরী হায়বহৌবু
থদৎনবা যাববোইদবা মবীনি হায়য়ে।

কেতুকী - ( মুংশা থীবপ্তোন ) তমুবী, কনা কনা খঙ্ঙে?
কনানা হায়বিবনো ?

তমুবী— ইঃ মহৌবু খঙদবা মী লৈবিবরা ? মীনা নখোয় অনিগী
মবম্দা কপ্লি ডাঙ্নৈ খঙ্ববা ?

কেতুকী— করি-করি ভাঙনরবগে ?

তমুবী— অহুবু নঙোন্দা পাক্ হেক তমুবা য়াবরা ? ভাইখো, অচুম্বরনে মীনা হায়নরিবসিবো ?

কেতুকী— কদায়দগীনোদা তমুবী, মীনা কল্লক্ য়েংথিহুনা পঙহায় হায়জিনবীবা ওইবিনি। করিনো মীনা ঐবু ভাঙনরিবহুবো ?

তমুবী— থজিক্ খরাক্তা নংত্তে, য়াম্না থীনা ভাঙনখরবা ঙাংনি। নখোয় অনিগী রাসে ঐঙোনদা অচুম্বা হায়দোকতরবদি ঐদি শুক্তম্ তম্লোই।

কেতুকী·· মীনা ঐবু কয়াম্ থীনা করি হায়না ভাঙনরবগে তমুবী ?

তমুবী— নংত্তে কেতুকী, নখোয় অনিগীসিবু অচুম্বরা ? লুনা তিননরিবী ঐঙোনদা ফাওবা হেক তাকনিংদবাই ইবেম্মা।

কেতুকী— তমুবী, মতম্গী ঈচেল্ হায়বসে খঙবা ঙম্হোদে। ঐনা তামোবু মুংশিরুরে। অহুবু করম্না মুংশিরুরিবনো হায়বদি ঐ খঙদে।

তমুবী— ইঃ ওনথোকনা ঙম্লেদকো কেতুকী নংসে। হৌদোং তুমিননা নৈবনা চক্ষু ঙম্মী হায়বহু ইবেম্মা নং তৌরেহে।

কেতুকী— তমুবী, থমোয়মুংদগী হৌরকপা ঈফুংপু করম্না থিংবা ঙম্গদগে ; খুল্গী ইবুং অমনি খঙনা-পঙনা ঐগী থমোয়সে খাম্বা ঙম্হোদরে। অহুগা তামোনসু —।

তমুবী— খঙলে ইবেম্মা, মুপীমু নিপামু মোননা শেংগাও লাকপা ঙাকতা।

কেতুকি— হায়য়ু তমুবী, মীনা ঐখোয়বু কয়াম্ থীনা ভাঙনরে ?

করি করি হায়রবগে ?

তম্‌বী– করিস্থ হায়নদেদা।

কেত্‌কী– হায়দোক্‌উহায় তমুবী, করি করি ভাঙ্‌নরবগে ?

তম্‌বী– অওইবনি কেতুকী, কনানস্থ করিস্থ ভাঙ্‌নদে। অ-খঙ্‌বস্থ থোইনা য়াওদেদা। ঐনা নঙোনদ্রা মুংঙাইদুনা লঙ্‌নবর্ন।

কেত্‌কী– ইবেমমা, হিংচাবী নংসে ওনথোক্‌না ঙম্মেদা। অওই-বস্থ নংতনা মীগী থমোয় কয়া য়াহল্লে।

তম্‌বী– (নোক্‌লহুনা) অহুনা ইবেম্মা, থমোয় য়াহন্দনবা নংতোম্‌তা ভুমিন্ ভুমিন্ তৌগনু। ঐবুস্থ খরা খরা খঙ্‌হল্লু। (কেশো কেতুকীগা তমুবীগনা চৎকদবা লম্বী অদোম্‌দগী লাক্‌ই। লাইরিক্‌ লাইশু হৈতবা থবক্‌-ইন্‌খাংকা অমতা তৌদবা ভাওশিননহুনতা লৈবা থুল্‌গী পাখং মচা অমনি।)

কেশো– লৈনম্ নম্মী হায়দুনা কোয়থি থিরক্‌পসিদি অসরায়দা শাৎলম্মেদনা ?

তমুবী– করি লৈনোনে তা-কেশো ?

কেশো–ইবেম্মা, লৈকং থম্বাল্‌নি।

কেত্‌কী– তমুবী, থেঙ্‌লে। পরপ্ পরপ্ চৎলসি।

কেশো– ঐ লাক্‌লগা তহা-তহা হন্‌খিদোরিবসিবু করিনো ?

কেত্‌কী– তা-কেশো লাক্‌ই হায়দুনা তৌবা নংচদে। পুখরী অচৌবদগী ঈশিং শোক্‌লুখিগদোবনি। থেঙ্‌লবদি ইমানা চৈরম্‌গনি। লাক্‌ও তমুবী। (চৎকে-তৌই)

কেশো— ( চৎকদবা লম্বীদা থৎলগা ) ঙাইখে'দা ঙহাক্নু ।
মুমিদা'ব ইবম্গী নিংথিববা মতম্সিদা ঙহাক্নু র'রী র'তায়
শাখিসি ।

কেত্কী— নোংমা মতম্চ'বা মুমিৎ অমদা শাসি তা-কেশো ।
ঙসিদি চংল'গ ।

কেশো— ঙসিগী অমুক্ মতম্চ'বা মুমিৎ অসি নৎতমুনা কন্বা
মুমিৎ অমা লাক্খিগদৌরিবা ?

তম্বী— করিনে'নে তা-কেশোনা হায়রিবা র'ত'হুম্ব ?

কেশো— ব্রা পা'শিল্লক্কনু তমুব' ।

কেত্কী— চৎলসি ল'কও তমুব' ।

কেশো— ( লম্বী থৎলমুনা ) এঃ এঃ, কদ'য়দগী । ঙসিদি তবাই
তবাই চৎপা য়াবা নংতে ।

কেতকী— তৌবিমু তা-কেশো । ইনা'না চৈবংগনি । ঐথে'য়
ঈশিংমু শোক্লুখিগদৌরিবনি ।

কেশো— চৈরগা চৈদনবা ঐথোয়রোমদা হেক্ চৎখব'সিদনা ।

তম্বী— ( শাওরপনা ) তা-কেশো, থুল্গী ইবু অমনি হাদরগা
অমুম্না হায়বা হোনববা ?

কেশো— শাওজিল্ লাক্শিল্লক্কনু । নংখোয়না অমুম তৌবগা
তুমিন্ চৎখিগদবা কেশো নংতে ।

কেত্কী— য়ুমদা হল্লসি তমুবী ।

কেশো— নয়ুমদা হনবমু য়ারোই । কেশোগী অনিঙবা আশা
কেতুকী নংনা থুংহনগদবনি ।

কেতুকী- করি রা়নো তা-কেশো? নচন্দি পোক্মিন্‌বনা ইবুং অমগুম্ খন্জ্জ।

কেশো- মহ্না চুম্না খন্বগী রানি। তশেনা পোক্মিন্‌নবদি নংতেদনা।

তমবী- পোক্মিন্‌নবা নংতে, কৈদৌংগে হায়বিবনো?

কেশো- নচীনতু কাবক্ পোককনু তমুবী। নাবায় কেশো ঐবু মশক্ মুন্না খঙ্দরমান্নে?

কেতুকী- শাওবীগনু তাদ। তাদনা ঙাঙ্লি শক্লিবা পুন্বা ইবুং অমনা মচনবু মু শিহ্না ফাগী তৌবনি হায়না খন্জগে। মতু দদি নচন্ অমনি খন্বাহ্না লঙন খোংনবা অসি তৌবিয়ু।

কেশো- কবি রা়নো কেতুকা? নংগী থমোয় অদো নুংমক্তু নংতে। ঐগী পুক্নিংগী রাখলসে নংসু শবদি খঙ্কম থোক্পনি (জুগোল্ পরপ্ পরপ্ লাকই। থরা হন্দাক্লগা মথোয়না ঙাঙ্নরিবহ্ তুমিন্ লেপ্তুনা তায়।)

তমুবী- খঙ্দরগা কবি তৌগে হায়রিবনো?

কেশো- তমূবা, নং নৈশবানি। অবেম্‌বদা নপুন্সি মাঙ্জনি।

কেতূকি- খুম্মুবমুবা তমুবী। (কেশোদা) শাওবীমু তাদ।

তমুবী- ঐথোয়মু ইবুং অমনি খন্জনা হায়জরিদনা।

কেশো- কান্নাদ কেতুকী, ঐবু লমহেন্‌বা ওক্তবা তাহনগনু। নহাক্কা অরেপ্পা রা হায়রো।

কেতকী- নচন্গীদি হাযজবিবসিনি তাব, ঐবু পোক্মিননবা নচন্ অমগুন্ খন্বায়ু।

কেশো— মহুদি য়ারোই কেতুকী। ঐ পাখং অমনি।

তমূবী- পাখং হেক্ ওইরগা লৈকাইগী মচন্ মচেদা—।

কেশো- তমূবী, নচীন্ থীগন্নু। থুদক্ অসিমক্তদা নখোয়গী অনিমক্কী মিংচৎ থীবা থোক্চনি।

জুগোল্— ( কেশোগী মনাক্তা চঙ্শিল্লগা ) মরুপ্ কেশো করিনো তৌনবিরম্মীবসিবু ? মখোয় অনি অসে ফরবস্নু ফংতরবস্নু থুল্ অসিগী ইচন ঙাক্তনি। মখোয় অনিনা কায়রবস্নু থরা য়েংবিক্ষম্ থোক্ই। ঐখোয়না মখোয়বু থীনা চৈত্নুনা ইকাইবা পীরবদি অতোপ্পা থুল্গী পাখংশিংনস্নু উশিং থওইদনা লঙনবিরনি।

কেশো— মরুপ্না অমুক্ তাক্পীদরবস্নু থঙজৈ। মখো চিন্বা মরুপনি, লম্বীদা অমুক্ পন্বীদরবস্নু লেঙ্বীখরো।

জুগোল্— ঐনা হায়রবসিদা শাওবা য়াদে কেশো। থুল্ আসগী ইজ্জৎ ( ইজ্জৎ ) ইশানা ঙাক্চগদবনি। ( লৈশাবী অনিদা ) সিদা অস্নুম্ লেপতুনা কৈদোরি? চৎখিবা য়াদরা? হুমিদাংরোইরম্ অসিদা লৈশাবীনা হরা চাবা থোক্তুনা থুল্গী মিংচৎ থীহনগন্নু। ( কেতুকীগা তমুবীগা ঈশিং শোক্তনা তুমিন্ হন্খি। )

কেশো- জুগোল্, মী অমবু হেক্তা ইকাইবা পীবা নহাক্কী ওইজবা শীংকনি।

জুগোল্— কেশো, ঐনা নংবু ইকাইবা পীবা নংতে। মরুপ্ মপাং ওইবগী চুম্না ইচন্শিং অসিদা করেম্ কথায়নহুনা লঙনবা ফংতে হায়জবনি। য়ারোবা য়াদে, ঐ চৎলে।

( জুগোল্ চৎখি )

**কেশো**— হে-হে, জুগোল্ হায়বসিনা তৌজশারিসে। মকোক্ কায়-নিংলদনা ঐগোনদা হৌরিনে। অপঙবা অঙাং-মুবী, হমু-হুনথী থরা খোম্জিল্লগা লাইরিক্ তম্বীরিবনি হায়দুনা লম্‌হূই লৌশিং তৌবদো ঐঙোনদসু য়াগদবোই নিংবমান্নে। অপঙবা খুনজাশিং অসিদগী লম্বী শেম্নবনি, ইসকুল্গীনি, পুখরী সাঁড়ি চন্নবনি হায়দুনা মানা শেল্ থায়রিবসে করিবু তৌনগ-দৌরিবনো? লাইরবা খুনজাশিংসিদগী নম্থাক্ তৌদুনা শেল্ চারিবনি। অদুগা মানা অকবা মীকা শাদুনা ঐবু ইকাইবা পীরগা মখোয় অনিবু চৎহনখিরি। ঐগী মতাঙ্ চারবা মতম্বু মহাক্না তরাই-তরাইনা নান্থোক্হনখিরি। খল্লু খল্লুরগা অসুম্ শাওনিংঙি। মাদ হেক্ নাওরীসিনা—।

(কেশো মবুক্তগী নাওরী কৎ শৎতোক্লগা ফুরিৎখাওদগী মরূ লৌথোক্লগা জুগোল্দা কাপ্কে তৌই। মতুংলোম্দা রাবৈ য়ু ঙাওদুনা হাইরং হাইরং লাক্ই। মাগী মতুংদা তোমাল্সু য়ু ঙাওরী ঙাওরী য়াওরক্ই। তোমাল্ খুল্ অসিদা লৈবা রাবৈগী মরুপ্নি। য়ু অমসুং জুরায়দা রাবৈগী পাম্বানি। মখোয় অনি য়ু থক্লুরগা লাক্লিবনি।)

**রাবৈ**— হায়-হায়-হায়, য়েংঙেই কোশো। কনাদনো নংনা কাপ্-কদৌরিবদো? মসি কনানো থঙববা? ঐগী ইচানি। কাপ্পা য়াদে থঙ্জবরা? মপা ঐগী ইমাংম্কক্তদ নংগুম্বনা নাওরীনা কাপ্পা করি নত্তিক্ লৈ? চৎথরো চৎলু।

(কেশো রাবৈদা শাওনা য়েংদুনা লৈ।)

রাবৈ— মসিগী অঙাংসে, মম্ ইহেল্ হেলনদনা। চৎখ্রো চংলোনে, থূবাক্না থাজিন্বদা উঙ্জনি।

তোমাল্ - হায় কেশো, নংবু নংতন্না হায়ন্নিবসে? নাওবী অমা পায়শিল্লগা ভাওশিন্নরিবা করিগীনো? চৎখ্রো হায়ববদি হেক্ চংখিবা য়াদন্না।

[কেশো শাওদি য়াম্না শাওনিং, হ'গংনা খুম্বদি ভম্দ তুমিন্ চৎখি।]

রাবৈ— করিস্মু কানন্দবদা অঙাং মানস্থ। ঐগী ইচাবু মানা নাওন্নীনা কাপ্কদোবগী তোন্নম্বা শন্নি।

তোমাল— কেশো হায়বা অঙাং অসে ভাও'শিন্নবদা মপা লৈতবনি। মরুপ র'বৈগী মচা জুগোল্ তোমাল্ ঐগীস্থ ইচানি। ইচাগী মতু তুবুম্ নাম কাওবা তংপা য়াবোই।

রাবৈ— তোমাল্, ভসিদি ভহাক্ কম্সিদনা।

তোমাল্— মখোঙব্র শুগদরা?

রাবৈ— অস্থম্ চৎখিবদা খেংনবমখৈ হৌগনি। বনাস্থ খেংনদবগনা ঐখোয় অনিদা শান্নবগ লোইরে।

তোমাল্— হোয়, ভহাক্ কম্বনা কৈ। য়ুগী ময়াই জুরাব শাখ্নরগা মুংডাইবা য়াম্না হেল্লি। চংসি লাকও।

[রাবৈগা তোমাল্ হাইর'-হাইরং চংখি]

**থাওমৈ মুৎপা**

---

## ৩ শুবা উৎপা

### তোমাল্গী য়ুমঃ– মাংগোল্

( মাংগোল্দা ফক্ অমথক্ নৎতেনা করিগুম্ব পোৎ অমতা লৈতে। রাবৈগা তোমাল্গা য়ু ভাওহনা হাইরং হাইরং চঙ্লকই। )

তোমাল্– য়ুম্ অসে কনা অমতা লৈরম্মোইদবনিসে। মখোয়গী মমা মচা অসিনা কোয়বনা, য়ুম্গী মথাদা ঙহাক্তা লৈতবনি। নিপা ঐগা চপ্ মান্নবা। হায়রুরগা থাক্ অতু চৎলিবনি, অদা চৎলিবনি। ঐনা থবক্কা অমতা শৃবিরুম্ হায়রবনি, য়াবা কেবা শুক্লৈ মরৈতে। হেক্ হন্জিল্লক্পসিদা মোন্ মথাদগী জুরারগী চেহু কাওবা পুথোক্পীবা মী লৈতবনি। মী লৈবর–লৈতবরা? ইবেম্মা! হো মমা! লৈতবনিনেসে।

রাবৈ– লাওদো শরুক্ নং হেক্ চঙ্লগা লোথোক্লুচো তোমাল্।

তোমাল্– মহৌমু থরবং তৌশিসিকো।

রাবৈ– কৈ, তৌসি।

( তোমাল্ ইমুংদা চঙ্খি। য়ু লিক্লী অমগা জুরারগী চেগা পুহনা থোরকই। )

তোমাল্– সে। [ রাবৈদা জুরারগী চে পী ]

রাবৈ– ( জুরারগী চেহু তোৎলহনা ) ফলাস? দুরী পোইন্ট্?

তোমাল্– পোইন্ট তৌসি।

রাবৈ— হৌদরিঙৈদা য়ুহ্ হানন্না।

তোমাল্— এঃ থক্কদবনি। গিলাসতি অঙাংনা থুগাইথরে।
হেক্তা চুপ্লসিকো।

রাবৈ— চূপ্পস্মু গিলাসতা হৈবস্মু মহাও চপ্ মান্নবসিবু। কদায়।
( রাবৈগা তোমাল্গা ক্কতা কমথে। রাবৈনা হানন্না লিক্লীহ্ চপ্তুনা য়ু থক্ই। তোমালস্মু থক্ই। )

তোমাল্— হৌবা য়াবেনা।

রাবৈ— ফরে, য়েল্লগে।
[ রাবৈনা জুরারগী চেহ্ তোংলগা য়েল্লি। মাগী মাগী চে শরুক্ লৌথংনরগা জুরার শানন্নবা হোই। ]

তোমাল্— ( শানন্ন-শানন্ননা ) রাবৈ নং শেল্দি য়াওরক্কইকো?

রাবৈ— হেরা তোমল্, শেল্ য়াওদনা জুরার শানন্নবা বাবেরা?
( রাবৈ ফুরিংখাওদগী শেল্ কং পুথোরকই )

তোমাল্— ঐনা লোইরে, য়েংঙুসে। ( চে উংলি। )

রাবৈ— এঃ মহ্ য়াদে।

তোমাল্— সিবু য়াদরবদি করিনা য়াদৌরিবা?

রাবৈ— [ খুদোম্বীনা থিনহ্না ] সিগা সিগদি কদায়দগী য়াগদগে।

তোমাল্— এঃ য়াই।

রাবৈ— ঐনা য়াদে হায়রিবসিনি তোমাল্।

তোমাল্— য়াইনে রাবৈ।

রাবৈ— য়াদেনে।

তোমাল্— নংনা করি খঙলহ্না য়াদরিবা?

রাবৈ- ঐনা খঙ্হনা য়াদে হায়রিবসিনি।

(নুংশ'য় অনিমক্ শাওনবকই। বা কন্না-কন্না ভ'ভ্নৈ। ফন্লমবদগী শাওনা ফুক্-ফক হৌগৎনরকই।)

তোমাল্- ঐনা য়াই হায়বরমক্তদা।

রাবৈ- ঐনা য়দে হায়রেদনা অদো।

( রাবৈনা শাওন জুরাবগী চেংশেকই। )

তোমাল্- উৎশিংতরেদা রাবৈ।

রাবৈ- রাবৈনবুদি কনাবু উশিংকনি।

তোমাল্- অছুদি করি পামই ?

রাবৈ- ননা অপান্বা অতুমক্ ঐসু পাম্ই।

তোমাল্- অছুদি ঐনা অপামবনি মসি।

[ তোমাল্না রাবৈদা পোপ্ থোম্ই। )

রাবৈ- মানকাসু ঐভোনদা ফবা শাই।

[ রাবৈনসু মখুৎ হল্লি। মখোয় অনি পোপ্-পোপ্ থোম্-নহনা খরা ফনৈ। খুল্গী চাওতোন্ কোবা অহল্ অমা তানজাহুদা লাক্ই। ]

চাওতোন্- হায়-হায়, তোমাল্! রাবৈ! কবগীনা নখোয় অনিনা ফনরবো? তোক্নৌনে, তোক্নৌ হায়মনি। অঙাংসু নৎতনা ফনরিবা করিগীনো? ইবো, নখোয় য়ুথকপা, জুরাব শান্নবা মাসে ওনথোক্না ফৎতেদা।

[ চাওতোন্না থাম্দোক্ই, খৎনবা কোক্ই।

তোমাল্- ঐনা লোইরবা মক্তদা হেক্তা য়েৎলদনা।

রাবৈ- নংগী খুংলোইদো লাল্লি, ঐনা য়াদে হায়রেদনা।

চাওতোন্— তুমিন্ লৈরোহে। নখোয়না খংনরিবদো ঐ খঙ্ভিনে। জুরার শান্নবা মীনবু কয়াম্ ফগনি। য়ুনা থক্লং থক্লং থক্লিবা। ঐভোন্দা পাওকা তম্গন্নু, তানিংদে। নখোয় অনিবু চহি নিফু হেল্লবা নংতবা? খুল্ অসিদা হৌরক্লিবানহা রোলশিং- সে নখোয়গী নতৌ তম্লবদি লোইনা মাঙ্বা তায়ে। রাবৈ নং অমা নচা পাখং ফারবনি। নচা অসিনা খুল্ অসিগী ফননবনি হায়দুনা হোংনরিবা অসে নখোয়না মতেং পাংবীগেদি হায়দর- দুনা য়ু থক্তুনা জুরার শান্নদুনা ভাওশিন্নরি।

তোমাল্— ইপল্, ঙসি ঐ য়াম্না ইকাইরে। রাবৈ, নংবু শাওরিবরা? ঐখোয় অনিদি খংনরা য়াবা নংতে।

রাবৈ- শ'ওববুদি ঙহাক্তনি, ফথারে। মতু'দদি শান্নবদা অচুম্ অচুম্বা তৌনসি।

তোমাল্— মতুগী রা হৌরক্লম্নু। য়ুগা য়ু ভাওবদে ন'স্নু ঐস্নু ফৈরেং তুরেং তৌনরবা জাংনি।

চাওতোন্— তো, অদুনি। গিয়ান [জ্ঞান্] তাও, নশা অভাং নংতরে নখোয়। ভাওশিন্নরগা করি কান্নৈ?

তোমাল্— ইপল্বু করি থবক্কীনো?

চাওতোন্— ঐব্রাদি থাংজৌ অমূক্তা রায়গে লাক্পনি। ঐগী থাংজৌদো মখোক্ তেক্এ। অদুদা নখোয় অনিদি পোপ্পা- পোপপা, অদুম্না তৌবা হৌনদেনে। য়ু থক্পা হায়বসিবু ফবরা? অদুক্ লুনা তিব্নরগা হেক্তা ফুনৈ।

তোমাল্— ( ইমুংদা চঙ্লুনা থাঙ্জো পৌংথোক্লুরগ ) সে ইপল্ ।

চাওতোন্— ( থাঙ্জো লৌরগা ) ইবো, য়ু থক্পা জুরার শাননবা খিং তোক্ও । তুংদা হৌরক্পা অঙাং অমতা য়াম্লবোই । কৈরোল্ লৈকাই ইপা-ইচা ওইবগী নিংথিজনা হ্‌য়নবসিদা য়াদরবদি য়ুম্লোননবুনা লৈবা তন্দৌরিকো ।

[ চাওতোন্ চংথি । ]

রাবৈ— তোমাল্, ঐসু চংথরগনে ।

তোমাল্— চংলো রাবৈ, শাওনবা য়াদে ।

রাবৈ— শাওদনা, কাওথোক্নরসে । চংলে-চংলে ।

( রাবৈ চংথি ।)

থাওমৈ মুৎপা

---

# ৪ শুবা উৎপা

## শাজোগী মমাঙ-শংগোয়

[ মতম্ সনধ্যা ( সন্ধ্যা ) নি । শাজো মম্লি-মম্লিবত্থা শংগোয়দা ফক থারি । অহন্‌লোন্ ময়াম্ লাইবিক তমবদা ফম্নবনি । ]

শাজো— অহনবা, লালটেনশু থরা পরপ-পরপ চ্খংলকউ । ফক থাবা ফাওবা উদরে । তারিববা মবেনবোক নংবু ।

**অহনবা—** [ মপাল্‌লোম্‌দগী ] তারে-তারে, থ'ও য়াওদহুনা হাপ্‌পা হোৎনরিয়ে।

**শাজো—** ওসায় মুংথিল্‌না ওল্‌লিবৈদা য়েংশিন্‌গেদি হায়দেদো।

**অহনবী—** [ লাল্‌টেন, অমা পায়হুনা চঙ্‌লক্‌লগা ) ওসায় মুংথিল্‌দো থবক্‌ য়াম্মনবনা তৌবা ওম্‌হোদবা। মপূবোক্‌না মরোল্‌ অমা ঙাঙ্‌গদৌবগী তৌবসিনা। থবক্‌নি হায়হুনা কান্‌নবমু নংতবা। নখোয় নশু-নপূ। তৌরিবসিবু করিনো? অহল্‌গিয়ান্‌ তারবা নংমু অঙাংসিনা হায়বসে পাঙ্‌য়াদা ময়াই।

**শাজো—** কান্‌নদবা হায়ববু করিনো? ইশুনা তৌরিবসে অহান্‌বদা ঐমু কাননরোইদৌবোই নিংলম্‌ই। অহুবু হৌজিককি থঙ্‌লে। ইশা ইশাগী য়াম্না কাননৈ, খুল্‌ অসিগীমু কয়াদা কান্‌নরবা।

**অহনবী—** কান্‌নবহুদনিনে মীনা মাবু থীনা ডাঙ্‌নরিবা, অা অহুনি-অদানি হায়নরিবসে।

**শাজো—** ডাঙ্‌নজসমু। মী অমনা থবক্‌ অমা তৌরবদি করবমু ফংতরবমু খরা ডাঙ্‌নবা হায়বসিদি তাইবঙ্‌ মীগী হৌনবী-নিদনা। কান্‌নৈ খঙবা, গিয়ন্‌ তাবা মীনমু মাবু মথাগৎলি। কাননৈ হায়বসি ঐখোয়গী মাংসিনা উরেদনা। পৃখরী অসি কয়া ফরে। অসিবু ফংতে হায়গেরা? লম্‌বী নৈখোম্‌ থোকতনবা শেম্‌গনি তৌবসিদা শুনজাশিংসিনা অঙম্‌-অঙম্‌বা শেল্‌ হাপনরিবসিদি। মপাংগলমু থাংদোককদৌরিবনি।

কান্নদরবদবু মখোয় অসুম্না থরায় য়াওগদরা ?

**অহনবী—** মপুবোক্তি অফবচুদা উবনিনে।

**শাজো—** কৎতবা মীনা থীনা ভাঙনবক্তু খঙ্ডি। মখোয় অচু মীনা তৌবদা থরা য়েংচনিংবা, শেল্ অমদি মপাংগল্ থাং-দোক্নিংদচুনা কতল্ ওইবগী অচুক্ পংঙ ঙ ছাওচবনি। মখোয় থরনা অহল্না লাইরিক তম্বা কান্নদবা অঙাওবগী থোদোনি হায়চুনা য়াম্না লঙনবদাইদো হৌজিক্ অতম্বা ঐখোয়দি কান্নবা খঙ্লে। তম্দবা মখোয়দনি কান্নদবা। ইমিং ইবা হৈরে। চিঠীনচিংবা মা-মাচুনা পাবা ভম্লে। ঐনা নংসু তমশিল্লু হ'য়রে। তম্বী তাকপীগদবা হায়রা ইশুনি।

**অহনবী—** করি কান্নগদগে, শিরম্দাই ইপোক্থোক্ ইয়া ল'ংল্বা মতম্সিদবু ? থবক্ য়ানা শূরুবদগী পোৎথানবা মতম্ ফাওবা শংদরবসিদা।

**শাজো—** পোৎথাবা হায়ববু লাইরিক্ তম্বা অসিনি। অয়ুক্-মুংথিল্ চূপ্পা থবক্ শূরুরগা মুমিদাংবাইসিদা লাইরিক্ ভহাক্ তম্বসিদি অরাবকা লোইনা কাওই।

[ চাওতোন্ চিঠী অমা পুরগা লাক্ই। ল ইরিক্ হৈত্চুনা পাহনবা পুরক্লিবনি। ]

**চাওতোন্—** তাধন্, ইবুংঙো জুগোল্ কৈবরা ?

**শাজো—** এঃ চাওতোন্, সন্থম্না সিদা করি থবক্কীনো ? জুগোল্দো ভসায় ইম্ফাল্দা চৎকনি চংথিবদগী হৌজিক্

ফাওবা হল্লক্তরিনে। কদৌরবনো ঙসিদি থেঙ্লেদা।
হল্লক্পা মতম্ মওইরে। ঙহাক্ নৈরবদি হনুবা ময়াম্
লাইরিক্ তম্বা লাক্নরনি।

চাওতোন্— ঐখোয় কেতুকী মপানা চিঠী অমা থারকই। ইবুংঙোদা
অমুক্তা পাহন্গে তোবা।

অহনবী— হোয়নে, কেতুকী মপাদো কুইরেনে মানা লংফৈদা
নৈবা। মাবু থরা-থরা মকান্নঙরিবরা?

চাওতোন— ইতৈমা, থরদি অদুক্ মকান্নঙমাননে। ঐদি পোরকউ
হায়রিনিংডে। ইশুনুপী অসিমু চাওশিল্লক্লে। থাঙ
য়োনজবা মতম্ য়োশিল্লক্লে।

অহনবী— মতাংদি চাদরে, রা অমতা হায়রিনিংঙিনে।

চাওতোন্— মতাং চা-চাদবা করিনো হেক্তা হায়বিয়ু ইতৈমা।

অহন্বী— নশুনুপী কেতুকীদো ঐখোয় জুগোলগী মো ওইনিংঙি।
ইশু ওইগে হায়ববু য়ারোইদরা?

চাওতোন্— ইবুংঙো জুগোল্গী নুপী ওইজবদি ঐগী ইশুগী
মরাইবক্ ফবনি। অদুবু ইতৈমা, ঐগী ইচাহনদি হল্লক্-
খিসনু। মপা য়াওদরবদি নুংঙাইতে।

অহন্বী— এঃ অদুবুদি কৈনো। মতম্ রাংলি। মীচোন্দকা
পীথোক্বিনি হায়হনা হান্না হায়হোরিবনি।

শাজৌ— মদু হয়েং মতম্দা ঙাংনগদবনি। কদায় নচানা থারকই
হায়রবা চিঠীদো।

চাওতোন্— সিনি তাধন্। (শাজৌদা চিঠী পী।)

অহনবী– চাওতোন্, নং-তাধনগ্‌গা য়ারী শাহোখে। ইতৈমা ইমুংদা থবক্ ইনখাং খরা তৌরুখিগে।

চাওতোন্– ফনি ইতৈমা। ( অহনবী চংথি। )

শাজো– ফম্‌সি চাওতোন্ ঐখোয়গী জুগোল্ লাক্‌পা ভাইবা য়াননি ঐ হেক্‌তা মা-মাহুনা প'গে।

চাওতোন্– তাধনবু লাইরিক্ পাবা হৈরবরা ?

শাজো– হোয়, ইশুনা 'তম্‌বীবদগী খয়া-খরা হৈরে। তাও, পাগে'কো।

( শাজোগা চাওতোনগা ফক্তা ফম্‌ই। শাজো চিঠীদু ফক্'তাকলগা লালটেনদু মনাক্তা পুশিল্লদুনা মা-মাহুনা পাই।)

চিঠী:–

পুজনীয় পাবা,

পাবগী মফম্‌দা লম্‌দম্ তাম্‌না লৈরিবা নচানা খঙহনজরি। ঐখোয় য়াম্‌না থুনা য়ুম্‌দা থোক্‌চরকলগনি। পাবনা থারক্‌পা চিঠী অদুগী ফংজরে। থবকসু হাননগুম্‌না অদুক য়াম্‌না কাননদবে। থোবকতরিবদা শেল্ লুপা চনিথকতং পাবগী নাকতা য়ৌনবা থাদোকচরককনি। অনা অয়েক থোইদোকপা য়াওদে। য়ুম্‌দসু য়াওদবা হায়না নচানা লাই নিংজরি।

নহাককী নচা
জুগে।

চাওতোন– লোইরবরা তাধন্ ?

শাজো– লোইরে। নংবু নচাদসু চিঠীকা থাখিবরা ?

চাওতোন্– থাখি তাধন্। কুইরে, মহান্ নোংমা। ইবুংঙো জুগোল্না ইবিবনি। ঐদি ঙসি তাধন্না চিঠী পারিবসি ওনথোক্না থাজখিদরে। পুমংক্পু ঙক্লে।

শাজো– ঙক্নিংঙাই লৈতে চাওতোন্। তম্মবদা হৈতবসি লৈতে। অহল্ ওইরবনিনা থরদি কুইনা চঙ্ডি। ঐনা নহান্না নংসু তম্উ হায়দরা ?

চাওতোন্– অহৃদা তাধন্, অহল্দি ওইরেদো।

শাজো– ঐসু অহল্নি, অহুবু ওম্লিবসিদি। নংসু নহান্ৱৈনা তম্জরবদি ঙসি ঐখোয়দা লাক্লিবসি লাক্তহুনা নচানা থারক্পা চিঠীহু নশানা ঐদোনা মা-মাহুনা ওইরবসু পাবা ঙম্গদবনিদো।

চাওতোন্– হোয়নে তাধন্। মথংদদি তম্বা তারমান্নে।

শাজো– মথংদা নংতে। হৌজিক হেক্তা তম্লগদবনি চাওতোন্। শেল্সু তিংবা নংতবা। সরকারনা লাইরিক্সু লেম্না পীরকুই। নংনা তম্নিংলবদি নগুদা হায়য়ো।

চাওতোন্– হোয় তাধন্, তম্বা তারবো। ইমিং ইবদা হৈরবসু খিৎকী নংতে।

শাজো– অচুম্বনি চাওতোন্, হৈজিন্বদা কান্নদবা লৈতে।

[ জুগোল্ লাকুই ]

চাওতোন– ইবুংঙো ঙসিদি ইপুসু লাইরিক্ তম্গে লাক্লবনিনেহে

জুগোল্- কৈনে ইপু, তম্মগা লোইরে। লাইরিক্কাস্ু লৈ।
শাজো- তো ঐনা ওসায়না লাইরিক্কাস্ু লেম্না পীরক্ই
চাযদবো।
চাওতোন্- অস্ুম্ তৌবনি ইবুংঙো, নং-খুরা জুগেনা ইপুদা চিঠী
অমা থারক্ই। ইবুংঙোদা ওহাকতা পাবিস্ু হায়বা লাক্পনি।
ইবুংঙো লৈতে হায়দুনা তাধনবা মা-মাতুনা পাখোব্এনে।
জুগোল্- ঐখোয ইপুবোক্না পাবদুবু অরান্বকা য়াওদরা ?
চাওতোন্- য় ওবন্মোইবো ইবুংঙো, ফজনা পাখরে। ইপুস্ু
লাইরিক্ তম্নিংলে। মিংদা ইবা হৈরবস্ু কৈ খর তমুগনে।
জুগোল্- তমগদবনি ইপু। অহল্ ওইরে হ'য়দুনা তম্মোইদবগী
রা লৈতে। সুমিৎস্ু কৈ, ওসিমক্ হেক্ত' তম্ব' হৌরসনে।
চাওতোন্- ইবুংঙোনবু কৈ হ য়রবদি ইপু য়াই। তম্থোক্স্ু
ওাযদনা।
জুগোল্- ( শাজোদা ) ইপুবোক্ লাইরিক্ অমনে. শিংলেপনে
কাংগক্ ( কঙ্গ্ ) নে ৎরা পুথোক্পীরক্উ ।
শাজো - নংবু হল্লক্পদগী নকি নরোল্কা হোংদোক্লুরবরা ?
জুগোল- হোংলুরে। ঐ হল্লক্পা ওহাক্ ওইরে।
শাজো- সে চাওতোন্, নংগী চিঠীদো।
[ শাজো চাওতোন্দা চিঠী পীবম্লগা চৎখি।
চাওতোন্- ইবুংঙো, ইপু রা অমতবু হংগে। মুপীদি লাইরিক্
তম্বা য়াদরা ?
জুগোল্- করিগী য়াদনি হায়বগে ইপু। ইম্ফাল্দদি লাইরিক্

ঙৈতবা মুপী থিবদা ফংদরে। ঐখোয় অবোক্‌হোয়কাশে ঐনা তনউ হায়বনি, অত্নদা য়াদনে।

**চাওতোন—** হন্নবীদি লায়বি ইবুংঙো। ঐখোয় কেতুকা খোয়গুম্‌বা লৈশাবীশিংসিম্নু থরা তন্‌বীবদি ফৈনে।

**জগোল্‌—** ইপু, ঐখোয়গী খুল্‌গী মীশিংসে ওনগোক্‌না মীনেক্‌ চাওথরে। অহল্‌ ময়াম্‌ লাইরিক্‌ তনবীবা অসিম্নু ঐবু মখোয় খবনা কারি করিনা পঙতায় হায়বা।

**চাওতোন—** হায়জসম্নু ইবুংঙো, ফংতবা থবক্‌ তৌবম্নু নংত্তবসিবু।

**জগোল্‌—** অত্নি ইপু, মখোয়গা চান্‌দা-পাওদানহ্নবা খংনক্নবদি ঐ অশংবা তারনি হায়তুনা তোকচবনি। মখোয় লৈশাবীশিংনা তম্‌বা পাম্‌লবদি ইপুখোয় গা পান্‌না তম্‌বা য়াগনি।

[ হন্নবা মরি-মঙা লাইরিক্‌ তম্‌বা লাকই। মখোয় খুদিঙমক লাইরিকতা শেল্‌পকা পূরকই। অহল্‌ অমাদ লাল্‌টেন অমম্নু পূরকই ]

**অহল ১—** ইবুংঙোনা হায়বনা চাইতুনা লৈরম্‌লে।

**অহল ২—** ঙসিদি তাব চাওতান লৈরম্‌মীনা।

**চাওতোন** ঐসু ঙসিদি লাইরিক তম্‌বা য়াওরগে।

**অহল ১—** য়াওনে তাদ, ইবুংঙো না তৌবিবসি য়াম্‌না কাননৈ। ঐখোয় মিং ইবা হৈরে।

**অহল৩—** ঐখোয় লাইরিক হৈবগী কাননবা খঙলে। নহানদা ঐ মহাজন অমদগী শেল্‌ থবা পূরুই। চে অমা ইনৈ। মমাংঙৈদদি খুবী লম্‌বনি। হনদকতি মিং ইবে। চেহদা

মহাজনত্থনা করি ইরিবগে হায়বত্থম্ম মশানা থরা-খরা হৈজ-ববনিনা পাত্থনা খঙলে।

( শাঙ্গো লাইবিক্ অনিগা শিলেপ্ অনিগা পুত্থনা লাকুই।
লাইবিক্ অমগা শিলেপ্ অমগা চাওতানদা পী।

লেমংহৌবিবত্থনা মাগীনি। কাংগক অমম্ম পী। অহল্শিং পূম্নমক্ ফক্তা পরেং শানা ফম্ই। মমাং ওইরপ্না লাল্টেন্ থম্ই। মখোয়গী মমাংত্থদা জুগোল্ লেপ্ই। )




জুগোলনা খুল্গী অহল্শিং লাইরিক তমবীরি।

জুগোল্- ইপুংখোয়, ভবা' ঐনা তাক্পা পারাত্থ ইবিয়ু। [ চাও-তে নগী মনাক্তা চঙ শিল্লগা ] ইপুদি ঙসিদা হৌবা তারি।

নশু তাক্চগে। ( অহল্শিং অতৈ লাইরিক্ ই। জুগোল্ চাওতোন্গী মনাক্তা ফমথরগা লাইরিক্ তাক্ই। ]

জ্‌গোল্— [ লাইরিক্ ফাক্তোকলগা ] ইপু, মসিদগী তম্বা হৌগদবনি। মসিদা লৈরিবা ময়েক্শিংসি শোর (স্বর) ময়েক্ কৌই। মসিনা অহান্বা ময়েক্নি। 'অ' কৌই। লোই-রমক্না শোর ময়েক্ অসি মকোক্ অসিদগীনা অসি ফাওবদা লৈবিবসি তরাহুম্দোইনি। হৌজিক্ ঐ মথং-মথং য়াম্না তপ্না পাজগে। ইপুসু ঐগা মান্ননা পাবা য়াওয়ু।
অ, আ, ই, ঈ, উ ঊ, ঋ, ৯, এ, ঐ, ও, ঔ, অং, অঃ
[ জুগোল্না মথং-মথং পাই। চাওতোন্সু মথং-মথং হায়। অনিরক্ অহুম্লক্ হন্না মখোয় অনিমক্ পামিন্নৈ। )

অহল্ ৪— ইবুংঙো, ইপুদা মসিমত্তা তাকুবা।

জ্‌গোল্— কদায়নো ইপু ?

অহল্ ৪— তো সিদগীসে। হৈবম্বনি, হৈত্তরেনে।

জ্‌গোল্— ( ইরগা তাক্পা ) সোন্লোম্দগী অস্নুম্ হায়না তৌরগা অস্নুম্না কোন্বা।

অহল্—৪— ওঃ হৈরনি। কাওরিবনিনে।

জ্‌গোল্— ( চাওতোন্দা ) ইপুসু ইবা তন্বীয়ু। অহান্বা ময়েক্ অ, সে ঐ ইগে। মখাদা মসি মান্নবা হন্না-হন্না শিলেপ্ অসে থন্বা মথে ইবিয়ু। ( চাওতনগী শিলেপ্তা জুগোল্না "অ" ইবি। চাওতোন্ ইবা তম্ই )

অহল্ ২— ইবুংঙো, ইবা লোইরে,।

জুগোল্— কদায় অহুদি ইপু। [ শিংলেপ্ লৌরগা চুম্বরা-চুম্দবরা য়েংঙি। ) চুম্নে ইপু। [ অহল্ অমদা ] ইপুগীদি ?

অহল্ ১— লোইরে ইবুংঙো, সে।

( অহল্ অমত্তুগী শিংলেপ্সু লৌরগা য়েংঙি। অস্তুম্না অহল্ অতৈগীসু মথং-মথং য়েংঙি। )

জুগোল্— [ চাওতোন্দা ] ইপুগীদি কম্দৌরি ? ( য়েংলগা ইপূদি ফনবু হৈরি। ইপু হন্না হন্না ইরগা ফজবক্কনি। হৈবসু হেললক্কনি।

চাওতোন্— ইবুংঙো. ইপুনা খোংলিবসিবু চুম্মীবরা ?

জুগোল্— চুম্ই ইপ। তম্বা হোৌবদা ভায়্বি, ফনা চুম্না ই।

ইপুদি য়ামনবু হৈগনগদৌরি।

শাজো— নহানৈঙনা তম্লবদি ফনা হৈজরগদবনি।

জুগোল্— ইপুখোয়, ঙবাংগী পাবাদু ফাবরা য়েংসি। মথং-মথং অমুক্তা পাবিরক্উ।

( চাওতোন্ নৎতনা অহল্ পুম্নমক্ মথং-মথং লাইরিক্ পাই। )

জুগোল্— ইপুখোয় ফজ-ফজনা ফানরে। মথাগী পারা লৌগর-সি। হংখিগদবকা লৈবীরিববা ?

অহল্ ৩— য়াবগনি ইবুংঙো, মথা লৌথরো।

[ জুগোলনা পারা মথা লৌথৈ। জুগোল্না হান্না পাই। অহল্শিংনা খুম্ই। অনিরক্ অহুম্লক্ তাক্ই। )

জুগোল্— ইপুখোয়, ঙসিদি ঐ করিগুম্বা খরদং হায়জগে

ইপূখোয় ময়াম্ অমদি খুনজা প্যূনমকক্কী মতেংদগী অঙাংগীস্থ অহল্লোলগীস্থ ঐখোয়গী ইসকুল্ অসি নিংথিজনা চাওখৎলে খনজে। খুনজা প মুনমক্না শেল্ থায়্রতুনা শাবা ইসকুল্ শঙ অসিস্থ হৌজিক্তি লাইশিল্লে। পানজীদা হংলুবদা হনদক্কী ফাইরেল্গী পনচমী অসিদা শঙ্গাবা কৈ হায়রি। ইপুংখায় ময়ামগী মতংনা মসিনা পাওথোক্নবা হোৎনজবা তারি।

অহল্ ১ — কৈ ইবুংঙো, মহৈ তম্ফম্ শঙ হায়বসিদি অকবা মুমিংতা শঙ কাহৌগদবনি।

জুগোল্ — অতুদগীদি ঐখোয়গী লাইরিক্ তম্বা অসি ইসকুল্ অসিদা হোংজিললনি। ইম্ফাল্দগী সরকারগী অচৌবা মী অমস্থ কবম্ তৌবি য়েংবা লাককনি। ঙসি ঐনা ওফিসতা চৎতুনা উননজক্কবদা য়েংলবা মতুংদা অমুক্কা হেন্না চাওখৎনবা মতৌ কয়াস্থ পীবিগনি তাকপীরকই। অতুগা অযুক্কী অঙাংশিংগী ইসকুল্ অসিস্থ মথংগী চহিদদি সরকারনা লৌশিনবীগনি হায়না তাকপীরে।

অহল্ ৩ — সরকারনা লৌশিল্লবদি ইসকুল্ শঙকাসি সরকারনা অতুম্ শাবীমাননে।

জুগোল্ — শাবীগনি। অতেক অকায়দি খুনজা ঐখোয়না য়েংশিনজবা তাই। সরকারনা উবা তাইরবদি শঙ্ তেকথিবনা হাল্লি। মরম্দি ইপ্ ঐখোয়গী লৈবাক্ অসিদা লৈবিবা ইসকুল্সি য়ামথরে, খুল-খুদিংগী, লৈকাই খুদিংগী, লৈকাই খরা চাওরবদি অনি। অহুনস্থ লৈবা য়াওই। ময়াম্

অসি সবকারনি হায়রতুনসু য়েংশিনবা উমবা নংতে। অদুগা সবকার হায়রুনা মী অমা লৈবসু নংতে। অদুগা ইপু-খোয়, ওঙ্গাসু থাবক্কনি।

অহল্‌ ২— ওজাদি ইবুংঙো নং লৈরিবাসদি ?

জগোল— ঐদি ইপুখোয় ময়াম্গী মতংগা অসুম ইসকুল অসিগী অশিল্‌ অরাং ওইনা লৈজগে।

অহল ৪— অশিল্‌ অবাংসু ওইনি, অদুগা অমরোম্দদি ইসকুল অসি নংনা তৌদোকচবনি। নামৎ মংঙবা য়াববা ? সবকার-দা নবু ঐখোয়গী ইসকুল অসিগী ওজা ওইনা হাপপীয় হায়না থুনজা ঐখোয়না হায়জনি।

জগোল— অদুগা পাও অমনা ইপখোয়, ঐখোয়গী লমবী শেম্-ননবা শেলগী মতেং থবা পীবিয় হায়না হায়জখিবদা য়াবিরকলে। লমবা শেমবদি থুনজা ঐখোয়না পাংগল পুথোকচবা তাই। নাকনদগী লৈবাক্লোহ্না থবা তোঙ্-নবা থোললগা কোননা মথকতা নুং থাগদবনি। সরকারনা পীরকপা শেলনা নুং লৈনগনি। অদুগা থুনজা ঐখোয়না খবা-খরা থায়নরগা ওক্তবহু মেননবা তাবে।

অহল ২- এঃ তৌগদবনি ইবুংঙো ঐখোয়সু খরা থায়দবা য়াববদো

জগোল্— অদুনি ইপু থুনজা ঐখোয়না খরসু হোৎনজব সবকানসু মতেং খরা পীবিরকপা অসুম্ তৌরগা ঐখোয়গী খুল অসি চাওখৎ খোঙথাংদা অতোপপা খুল্‌শিংগা মীমাননবা উমনবা ঐখোয় ইশানা হোৎনজগদবনি। সরকারনা পীরকপা

শেল্‌দো ঐখোযনা কজনা শীজিন্‌নহ্নবা থুন্‌জা ঐখোয়গী থৱায় য়াওবসু মখোয়দা উৎলবদি মথংগী চহিদসু মতেং অহুম্‌ পীবক্‌কনি। অসুম্‌না চহি খুদিঙগী থৱা থৱা তৌরগা ঐখোয়গী থুল অসি অমুক্তং ময়াম্‌ চঙহ্নবা চাওখৎনবা হোৎনসি।

**চাওতোন্‌—** হোৎনগদবনি ইবুংঙো, নংগুম্‌বা অনি-অহুম্‌দা হেক্ গুরম্‌বদা থুল অসি ওনথোক্‌না থুনা চাওখৎকনিদা।

**অহল্‌ ১—** ঐখোয় তাদ শাজোঁদি মচা পিবা য়াওদরবসু মরাইবক থম্‌বাল্‌ শাৎলেনা। মচানিঙোল্‌ অমতং লৈজববু ময়ুম্‌ মকৈ পান্‌বা থুদো চাদে হায়না রাবনি। অহুবু মগুনিপা অচঙবা অমা পোক্‌পসিনা কয়াদা মরাইবক্‌ করবা। ইবেম্‌মচুদং নৌনা পৈখিদবসি থরদি সুংঙাইতে।

**অহল্‌ ২—** হোয়নে, হৌজিক্‌ অসিদা মহাক্‌ লৈজরবদি কয়া সুংঙাইজগবা।

**অহল্‌ ৩—** জুগোল্‌বুদি ওনথোক্‌না ফগৎরবা অঙাংনি। মপানা পোক্‌ট হায়রবা থাবু থাজদনে, ওনথোক্‌না খেন্‌নখৎরবা।

**অহল্‌ ৪—** হোয়নে, খেন্‌নগরে। থাজদে-থাজদে।

**চাওতোন্‌—** তাধন্‌ কৈনে। অঙাংসু ফবা, তাধনসু ফবা। অফবনা শেম্‌বদ ফবা মশানা তাবনি।

**জুগোল্‌—** ইপুখোয় করিগুম্‌বা অমতা হায়জগে। নগুদি করিসু থোইনা খঙজ-হৈজবা নৎতবি। ইপুখোয় থুন্‌জা ময়ামগী মতেংনা তৌজবনি। ঐবু পঙথা থাগৎপীবসু মতিক্‌ চাদরি।

ঙসিদি লাইরিক্ তমবসি খরা ঙননা অসন্নায়দা অম্মুম্ পোইশিন্নবা তৌরসি। অমদা অমদা লাং-ফাং খরা চেল্লুবদা নশুম্ খরা ন্নারে। পোৎথাজব্রগে।

অহল্ ৩— ফরে ইশুসিদি। অংককাহুদি হয়েং ওইনা তৌরসি।

অহল্ ১— ফরে-ফবে, লম্বাগী অমুক হোৎন, লাইরিক তম্বগী অমুক হোৎন ন্নারবিনি। মুংঙাইশা পোৎথাজরো।

অহল্ ১— ফরে পোৎথাজবসনু। ঐখোয়সু হল্লসি, থেঙখিনবনি।

জুগোল্— ইপুখোয়, লাকতবা অতৈদসু মথং-মথং খবা হায়বাখো। হন্দক্কী পনচমী অসিদনি ইসকুল্ শঙ কাপদোরিবসি। অহুগা লম্বী শেম্বগী ন্নাক্সমহুসু।

অহল ৪— হায়গে-হায়গে।

অহল ৩— অহুদি চৎনরসিনে। তাদ চাওতোনবু লৈহৌখিগদরা?

চাওতোন্— চৎলনি। (শাজোদা) তাধন্, য়েংজরগে।

শাজো— যৌবো। ইনাওশা পুন্নমক্ হয়েংদি খরা ঙনন্না।

অহল্শিং— ফনি-ফনি তাদ।

(অহল্শিং ময়াম্ মাগী মাগী লাইরিক্ পায়রগা মরী-মবী চৎনখি। চাওতোন্দি খরা চৎলুরগা অমুক্ হন্জিল্লকই।)

জুগোল্— ইপু, অমুক্ হল্লকল্লবদি কৈদোরে?

চাওতোন্— ইবুংঙোদা রা অমতা। ইপুনা ঙসায় হায়বা ন্নাক্সমদা অময়োম্দা ঐখোয়দি অহল্ ওইরবনিনা তম্দরবা ফওববু কৈ। মুপীমচা লৈশাবীশিং অসে মমীৎ-মনা খজিকতা ওইরবসু শিংজনবা মখোয়গীসু খরা হোৎনবীয়ুনে।

জুগোল্— ফনি ইপু, মথং-মথং ঐ হোৎনজরক্কে।

চাওতোন্— অহুনি ইবুংঙো, মখোয়সু খরদা খঙজরবদি মফে।
চৎলে-চৎলে। (চাওতোন্ চৎখি।)

শাজো– ইবুংঙো, নং পোৎথাজক্কবো। ফক্ সুংকা ইপু
লোইশিল্লক্লগে।

জুগোল্– ইপুবোক্ ঐ চানদমৃদা ভহকতং য়োক্খগে।

শাজো– য়ারবদি ভসিদি তোক্ও, পোংগাবোদনা।

জুগোল্– কুইরোই ভসিদি, ভহাকতা য়োক্কবগা থুনা হল্লক্কে।
ঐ লাক্কদবাই নিঙহনা অভাংশিং ভাইরম্গনি।

শাজো – অহুদি চৎলুরো। থুনা হল্লকউ। নবোক্নসু মরাইনা
চাক্ লোইজরম্লনি। (জুগোল্ চৎখি।)

থাওমৈ মুৎপা

# ৫ শুবা উৎপা

## লমবী

( মতম্–সুমিদাংনি। কেশো, কাঙ্জৈ অমা পায়রগা
লাকই। খৃদৈ শেৎলি ফুরিৎ মকক্ অমা লিংলি। )

কেশো– মাগী জুগোল্ হায়বসি ওনথোকনা মী উশিংখিদরেদা।
খুনজা অপৃম্বসি অপঙবনি হায়হুনা মানা তোনিবদা তোরে
ওইববা ওইদবরা খঙদবা ইসকুল্নি হায়হুনা উ-রা, শেল্
থায়হুনা অপঙবা খুনজাশিং অসিবু শাহল্লি। সরাগানসু

শেল্ পীরক্‌ই মহায়, খুল্‌দগী শেলস্থ মখ'য়। লম্‌বী শেম্‌বস্থ খুনজা ময়াম্‌দা পাংগল থাংদোক্‌উ হায়বগুম্ ঙেক্ মত্তোবা।

অপঙ্‌বা খুনজাশিং অসিনা মরোন্ অমা মানবু হায়বদি ফংবনি, লাইরিক্ হৈবা মীনা হায়বনি হায়বসিদা হেক্তা ময়াবা। অপঙবশিং অসিদা তৌবগুম মাগী নম্‌থাক্ ঐঙোন্-দস্থ তৌবা য়াগদবোই নিংবমান্নে। মৈবু ফিনা কুপ্‌তুনা পন্‌বা য়াদবগুম্ জুগোল্ নহাক্কা গোদো খঙ্‌লোইদবোই নিংবগা? অফবা মী শাশিন্নহুনা হৈবোং মন্নংদা তৌল্ চঙবগী পবক নংনা তৌরি। ঐগী কাদা য়েংলবদি নথরায় মাংজবতনি। কেশো নংতনা কেতুকীবু লোনবা মী পোক্‌তবি।

অহুবু জুগোল্, নংনা ঐগোন্দা খুরো থাংলবনিনা পীক্‌লবা নংকক্ মচা অদো মশুং মরি তাবা তাইদো। তিংখং য়ুমবদি হনদোক্‌পা মশানা তাই। হ হ হ ...... (নোক্‌পা)

(লাইরিক্ তম্‌বা চৎলুবা অহলশিং রারী শানহুনা হল্‌লক্‌ই। কেশা লম্‌বীগী মতাইদা থৈথরগা তুমিন্ অমম্‌বদা ফম্‌হুনা লৈ।]

অহল্ ১ — শাংজোগী মগুনিপা জুগোল্ হায়বা অঙাংসে অকপা মীনি।

অহল্ ২ — অচুম্‌বনি তাদ, অফবা মী হায়বসিদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হেক্তা পীথোরকপনি।

অহল্ ৩ — অহুবুদি থায়নগী ইপা-ইপুন' অঙাংদি নিংথাদা খঙ্‌তি হায়নরিদনা।

অহল ২ — মানা ফবনা ৮সি অহল্ ওইরবা ঐখোয়না মানা

হায়বদা য়ানিংলি। মা নংলমদরবদবু ঐখোয়বু ঙসি ইমিংদা ওইরবস্থ ইবা ঙম্লিবসি ঙম্লম্‌গদরা ? তাদ শাজোগী মরাইবক্ ওনখোব্না ফখরবা জাংনি। অংঙ্বা মগুনে।

অহল ১— থাজদেদনা মপাগী মচানি হায়বা। তাদ শাজোনা য়োক্লম্বগী ফবনি। নংতন্থনা মপাগা লৈমিন্নরম্বা তারংদি অস্থক কখরবা অঙাং অসে মাঙলম্‌গনিদা।

[ অহলশিং রাবৌ শানা-শানা চংখি। কেশো তপনা হৌগংলি। চংখিরিবা অহল্‌শিংঙ্দা উশিং থওইদবা মীংয়েংনা য়েংহৌই। ]

কেশো— হে-হে হন্থবা অপঙবশিং, থাগংলেদা নখোয়না থাগংলিবসে। নখোয়গী থাগৎনফম্ ওইবিবা মীশক অদো কেশোগী কাঙজৈ অসিগী ক'ঙদ্রুম্ ( কাঙদ্রুম্ ) নি খুদবশাই। মুংঙাইরেদা সৈতা ( সত্য ) ! কনহুম্ ত'ন চায়। অ'দা অমম্বদা লাক্লবসি জুগোল্ ওইরিনি। কাঙদ্রুম হোন'া তারেদনা।

( কেশো লমবীগী নাকনদ হনদোক্লগা মমায় লৈথোক্তুনা লৈ। চাওতোন্ লাকই। মনাক্ নক্শিল্লকলবদা কেশোনা চাওতোনবু মননা য়েংই। )

চাওতোন্— কনানানে অমম্বসিদা লম্বা ময়ায়দা লেপলিবসিবু ? নংবু রাবৈবা ? নংতরগ তোমাল্লা ? য় ঙাওরিবরা ? খুম্মুনে, কনানে নে ?

কেশো ঐনি ইপু।

চাওতোন্- ঐনি হায়ববু কনানো? নত্তে, নাংবু কেশোয়নে?

কেশো- মান্নি ইপু।

চাওতোন্- নাংদি সিদা কৈদোরিবা?

কেশো- হয়া চাবিবনি ইপু।

চাওতোন্- হয়া মচা চুম্দে ইবো। ঙাওশিন্নয়ুদা। নমা লুপর'বাগী থবক-ইন্থাং মতং থরদি পাংবিগে হায়দরক্লনা অমম্ অংথঙসিদা করি লৌরিবনো? চংলু-চংলু, নয়ুম্দা হন্জিল্লু। ঙাওশিন্নবা হায়বসে কংতংকো।

(চাওতোন্ চংখি।)

কেশো- হাই-হাই, ঙসি ঐ শোয়রম্গনিদা। জুগোল্নি হায়রুনা ইপু চাওতোনগী মকোক থুগাইরম্গদবা খজিকতা য়াংলি। থোম্'নংমনখয়রুনা থুংসি মরেঙ মরাঙে হেক চংপা। য়েংহৌদনা পোন্লম্লবদি করিনে তোরম্গদৌরিবসিবু। আদা মী অমসু লাকলে। মসিমু ওইরম্দরুনা। ওইবু ওইরম্লবদি হে হে, কেশো ইতিক খঙহনগদৌরিবনি।

(জুগেল্ লাকই।)

কেশো- (মুনমা য়েংলগা) ঙাইখো জুগেল্।

জুগোল্- কনানো? ওঃ কেশোরা?

কেশো- মাননি।

জুগোল্- করিনো?

কেশো- করিনো হায়বদি?

জুগোল্- ফজনা ঙঙনসিদা কেশো। মুঙাইতবা য়া লৈরবমু ফজনা চম্শোকনস

কেশো— ফজবা হায়বদি ? খঙলবরা

( কেশোনা কাঙ্লৈজনা জুগোল্‌গী মকোকতা কননা থোম্ন্ট। জুগোল্ মকোক ঙাওহল্লুনা তুই। মকোক কায়হল্লনা ঈ থোক্‌ই। )

কেশো— খঙবরা জুগোল্ ? কেশোগী কাদা য়েংশনবদা মকোক কায়বা মশানা তাবনি। ঙসিদি মকোকতমক কায়রবত্ত নথাইবক কৈ। মতুংদা কেতুকীগা করিগুম্বা মনী লৈনবগী পাও ফংলবা নথরায় অদা মাঙলবনি খঙ্জে। মতৌ'রক্ত হৈ হায়হল্লনা কেশোগী থুংতগী নথরায় কনবা ব্লানা পোককানি।

(কেশো য়াম্না উশিংথওইদনা ঙম্ঙলম্বগা চৎখি। জুগোলদি শঙ্খুম্ ব্লা'ন থদ্লনা লৈহৌই। )

[ তপ্‌না তপন্। ফিজন্ হাইজিল লকই ]



# অনিশুবা তাংকক্

## ১বা উৎপা

### শাক্তোগী মুমঃ- মাংগোল

( জুগোল্ চৌকি অমদা কম্হনা লৈ। অকায়বা মকক্তা
কি য়েংলি। মবেন্বোক্ অহনবী ইমুংদগী থোরকই।
মগুনিপাগী মনাক্তা লেপলগা য়ারী শাই। )

অহনবী- জুগোল্, নকোক্তু থরদি য়াংলবরা?

জুগোল্- ঐ অবোক্, থরা করে। কবিস্থ তৌররোইদা

অহনবী- নংত্তে, নংবু মশক্ খঙহোদরবরা? নংবু কনগা করি
মুংঙাইনদবা লৈবগে?

জুগোল্- তৌজসমু অবোক্, মাগী-মাগী ধরমা (ধর্ম্ম) লি।

অহনবী- করিনোনে নংনা ধরমনি হায়রিবহুবু। ধরমনি হায়হনা
শিবা তারম্লবদি কম্দোবা তারি?

জুগোল্- অবুহ্ অবোক্, ঈশোরনা চানবীহনা শিবমবৃতি
শিহৈদরে। মসি ঐগী লাইয়ক্ ফবান।

অহনবী- নংনা নপুক্চেল্ চম্মীবা। খুল্ অসিদা নংবু কবক্-
করক্ য়েংশিনবা মীনা ময়োন্ অমা। মতুংদা অমুক্
তৌবীরক্কদরা হায়না অবোক্তি মুংশা থীরে।

জুগোল্- করিগী পঙফু হেক্ ফবা য়াবরা অবোক্। গিয়ান্
তাদহনা তৌরিবনি। গিয়ান্ তারবা মতম্দা মশা মতোম্তা
মরাইনা ইকাইজরক্কনি।

( কেতুকীগা তমুবীগা লাক্লই। কেতুকী গিলাস অমদা
জুগোলগীদমক্ শংগোম্ পুরকই। )

অহনবী- ইশু অনি লাক্লিবরা? চঙলক্উ-চঙলক্উ। করি

থবক্কীনো? চুম্না চৎথোরক্পরা?

তম্বী— অবোক, ঐখোয় তামো কম্দোরবগে হংবা লাক্পনি।

অহনবা— তু, নং-তামো সিদা কন্মীবসিনি। থরদি ক্ষরে।

জুগোল্— চঙলকউ। ঐ করিস্ন বোইদোকপা তৌদরেদা

কেতুকী— তামো, কয়াম্ থীনা শোক্লবগে?

জুগোল্— করিস্ন য়াম্না শে কৃতেদা।

কেতুকী— (অহন্বীদা) অবেক্ সে শংগোন্। ঐখোয় ইপুবাক্না তামোনা চানবা পুথো হায়ত্না পীরক্লবনি।

(অহন্বীদা শংগেম্ গিলাসতু পী।

অহন্বী— (গিলাসতু পৌশিল্লদুনা) করিগী পুরক্লিবনো? পুবক্তগ্নস্ন য়াবসিরা।

তম্বী— অত্বু অবেক্, তামো পীজনিংদুনা তৌবনিদনা।

অহন্বী— ক্ষরে ক্ষরে, পীজরবনিনা চাবা তারে। নং তামোগা য়ারী শাহো। অবোক্ শংগোন্সি থম্জিল্লুখগে।

(অহন্বী শংগোম্ থম্জিন্বা চঙখি।)

কেতুকী— তমো, মী মশক্ থঙহীদংবরা?

জুগোল্— থঙবা থঙদবা করবু কান্নগনো কেতুকী।

কেতুকী— কর মলোম্ লৈনবগে?

জুগোল্— মপুক্নিংদা স্নঙাইতবা অমবুদি লৈদুনা করিবনি। মশকস্ন মুন্না থঙডি। নোংনা তান্জা চবা অমদা মাগী চিংনবা স্নংঙাইতবদো কোক্নবা য়েংশাকনরগা লোইরে।

তম্বী— মীশকতুবু কনানো তামো?

জ.গোল.– মীশক্ অদো ঐ'ওোন্দা হংগনু। ঐ ইতোম্তমক্ খঙজগে। মসিগী রাসি হৌদে'রক্লগনুদা। অতৈ অতোপপা রাবী শাসি।

তমুবী– খঙবেনে, তামোনা চম্‌লিবা মীশি'না মবুক্ ফংনদরিবা।

জ.গোল.– গিয়ান্ তাবা রাংপদগী ফংতরিবনি। মখোয়নবু গিয়'নতাবিদুনা অমতা ওইনা লিংজেল্ মান্ননা ঐবা খুল্ অসিগীদমক্ পাঙথোককে নিঙলিবা থবক্শি'সিদা মতেং পাবিবব'দি ঐখোয়গী খুল্ অসি থুনা চাওখংকনি। অদুগা ইচনশা, নখোয়গী মতেংসু চঙদবা নংতে। নুপী নিপা অমতা ওইনা পোং মান্ননা চংমিননরবদা থবক্ খুদিঙমক্ থুনা মতৈ য়ানগদবনি।

কেতুকী– ঐখোয়বুদি তামোনা য়াও হায়রিবমথৈ য়াওগদোরিবনি, তৌ হায়রিমথৈসু তৌগদোরিবনি।

তমুবী– নৈবাক্ পোলাং পু হায়রবসু পুদোরিবনি।

জ.গোল.– পুগদবনি। ইশাগীবু ইশানা হোংনজদরবদি কনা লাক্তুনা হোংনবিবগনি। ইশাগী খুল্ অসি শেমগংপদা থুনজা ঐখোয় পূল্লপ থোদাং য়ামিন্নগদবনি। নুপী-অঙাং নহা-অহল. খায়দনা চোংথোক.কদবনি। ইকাই-ইকি, অচোপ অরেম্ থাদোক্তুনা ইশাগী, ইজাতিগী, ইরৈবাক্কী চাওখংনবা হোংনবদা মপুং ফানা শরুক. য়াগদবনি।

তম.বী– ঐখোয়'দি থবক. খুদিঙমক.লোইনা য়াওনি। তামোনা নিপা মথৈগী লমজিংবা, অদুগা কেতুকীনা নুপী।

কেতুকী– ( ইকাইরগ তৌনা ) ইবেমমা, নং হেক্ ওইজো লমজিংবদো।

তমবী— ঐদি করিগী ওইদৌরিবা? নংনা ওইফম্ থোকএ ইথেমমা। লাম্বা-লাম্বানি।

জুগোল্– ( নোকতুনা ) নখোয় অনি থংনরকক্নুকো। ঐ খাম্বকা ডম্লোই।

তমবী– ঐদি মী থংনবকা হৈজদে। অচুম্বদবু হায়জবনি।

কেতুকী– তমোনা কদিম্বু পোইদোক্পা চাদনবনিনা হললসি তমুবী।

তমবী– হোয়নে কেতুকী, অনাবগী সেবা তৌগে লাকপনি। অনাবনা ফরনলবনিনা হনবা তারেদনা।

জুগোল্– ফবে, হললো। হয়েং তোপ্তুনা নারবা মতমদা শেবা তৌহন্নবা পাও চেল্লকপা হায়দুনিদনা।

কেতুকী– অদুদি তামো, ঐখোয় হল্লগে।

জুগোল্– হল্লো-হল্লে।

( কেতুকীগা তমুবীগা চৎখিগে তৌই। অহনবী শংগোম্ চাপলক্পা গিলাসতু পুদুনা ইমুংদগী থোরকই। )

অহনবী— ইবেমমাহোয় হললগেরা? সে গিলাস কাওবমগনি পুথরো

কেতুকী– হোৎজিক্নক পূদরবসু য়াবসিবু অবোক্।

তমবী– অবোক্. গিলাস অদুদি শংগোম্ চাবা মীনা পৌরগদবনি

অহনবী– ইবেমমা, শংগোম্দমক্ চাগে। সে-সে।

( অহনবীনা গিলাস পী কেতুকীনা পোই। )

কেতকী— অদুদি অবোক্, হনজবগে।

অহনবী— ফরে ইবেম্না।

[ কেতুকীগা তমুবীগা চৎখি।)

জগোল্— অবোক্। ইপুবোকনা চৎখিবহ্ কনায়দবনো ?

অহনবী— খঙদে ইবুংঙো, কনাদবু চৎখিরিবনা ?

জগোল্— ইসকুল্ শঙগবগী মবম্দা ইপুবে কক্না রা তননিংবনি। ঙসিসে ইম্ফাল্সু চৎনিংবনি। অদবু ঈ য়াম্না পোকমনখিবনা কেক্সি ঙাওরি-ঙাওবি তৌই।

অহনবী— চৎলু লাকলুখিবু ইবুংঙো কাগরিবা নকোক্তু খবা নিংথিজনা ফহনখো।

( বাবৈ লাকই )।

বাবৈ - ( খুরম্লগা ) অবোক্!

অহনবী— কব্রিনো ববৈ নংনা লাকপদি ?

রাবৈ ইবুংঙো মকোক্কায হয়বিবহ্ কয়ম্থৌনা কায়রিবনো ?

জগোল— অদুক যাম্না শাথৌনা শোকপ নংতে পাজী।

রাবৈ— ইচাবু কোক থগাইবিবা মীহুদি কনানো ? ইপা অমুক লমন্ খুনগে।

জগোল্ কবি কানগবনা পাজী। তুমিন লৈবনা ফবে।

রাবৈ - কবিগী তুমিন লৈগদোবিবনো ? মশক খঙহৌবদি হায়মু। ইপা থীক তোগে।

জগোল্— তৌবিরম্ পাজী। খুল্ অসিদা লৈবা মী খুদিঙমক ইপা ইচা ইচিন ইনাও ঙাকতনি। কবিসু কাননদবদা

ঐখোয় ইশেল্ ফুন চৈনবনা থুল্ অসিগী চাওখং খেঙথা'দা অপনবা ওইনবনি।

রাবৈ— মহু ইপা য়্যানিংদে জুগোল্। নংতে মীহুবু কেশো নংতরনে? মহাক্ ওইরবদি ইপানা মঙক্শম্ পায়হনা অমুকতং নিরুপদা মচীন চুম্‌গনি। হায়রু ইপাদা, নোংমন্থ মানা ইচাদা নাওরীনা কাপকে তৌবম্বা ইপানা খোনরুরবনি।

জুগোল্— পাঙ্গী, কেশো ওইরম্বা য়াই, নংতরগা অতোপপা মী অমা ওইরম্বস্থ য়াই। মসিগী রাসি তোক্লসি। মলোম্কা তৌনহনা তৌবদো নচাদি শুকপাম্ পাম্জদে।

অহনবী— রাবৈ, তোকও। ইশুগী মমোননা পাম্দরবদি তৌরুবন্থ।

রাবৈ— ওনথোক্পা অঙাংনিদা। ফবে, নংনা য়াদরবদি ইপা চংলে। চংচবে অবোক্।

অহনবী— চংলো চংলো। বাবৈ নংগী ঙাওশিননবহুদি হললোকো গিয়ান তারো।

[ রাবৈ থুমম্দনা চংখি। ]

## থাওমৈ মুংপা

## ২ শুবা উৎপা

### লমৎবী

( কেতুকীগা তমুবীগা সনাবুন অমমম্ পায়রহনা ঈশিং শোক্পা লাৎই। তমুবীনা মাঙ থাই। কেতুকীনা তুং থংডি।)

**তমুবী** – খরা থুনা লাক্ওবা কেতুকী। ওনথোক্না তপনা চংখরে। তামো জুগোল্ মকোক্ কায়রে হায়রহনা চিনতা তৌরিবরা?

**কেতুকী** – ইবেম্মা, ন' অমা নচীন থীখরে। চিনতাকা অমতা তৌজদে।

**তমুবী** – চিনতা তৌদরবদি কৈদোবিবা? নথোঙহবু থাংগুম্ থাংদগুম্ খবা কননা লাকপা য়াদবা?

**কেতুকী** – লাকলিবসিদি ঐশু, মসিদগী কয়াম্ কননা লাকউ হায়বগে ইবেম্মা, নং অমা মতাং চারে হায়রহনা পঙঙাঙদা ঙাঙঙিকো।

**তমুবী** – হোয় ইবেম্মা, ঐবু চীনথীবী তাহললো। ঐদি নংনা তৌবহুদবু হায়বীবনি। নংগী থমোয়দা মুংনা'ঙিবা মু'ঙাই-তরিবহু খঙঙোইদবোই নিঙবরা?

**কেতুকী** – তমুবী, নং অমা মী লঙনবা ওনথোক্না কনখরে। ইতং-হেক তংতনা নংনা ঐবু লঙনরিবসিবু করিগীনো? শাওনিংঙিকো।

**তমুবী** – অচুম্বা হায়ররবদি শাওনিংবা হৌনশানি ইবেম্মা। খঙলব-মকতদা করিগী লোনথুপ লোনজানরিবনো? লঙনজররোই লাকও খরা থুনা।

( কেতুকীগা তমুবীগা ঈশিং শোক্পা চংখি। তহাক লৈরগা

কেশো লাক্ই।)

কেশো— থৌজিকপু ইমান্নবা অমতম্ হোৌহোৌদে। তান্না অসিদি ওন্থোকনা নান্থোক্হননিংঙ্গিদবেদা। ঈশিং শোক্পা হল্লক্পা অসিদা র্বা অমা অনি ঙাঙ্নরগা য়ুম্দা গোরো চিংশিল্হোরবদি কয়া ফবগনে। নহান্ নোমা ইমান্নবা খোম্হনা ঙাইবে, মী তাল্লক্ থোক্তহনা ঙমহোদবে। ঙসিদি নিপামচাগী থৌদাং য়েংবা তাবে। তাল্লক্ থোক্লভেংসদা ইত্তোম্তা হেক্তা চিংলগা লোইরে। মখোয় অনি শুববম্ ঐ নিপানিদনা। চীন্ফেন ফবী কেতুকী ঐগী র বক্-চৈরাক্ মখাদা থম্হনা কেশোবু মশক খঙহন্বা তারে। অহুদগীদি কুইদরেদনা জুগোল্, কল্লক্ পেন্গদবা। হ হ হ (নোক্ই।)

(তোমাল্ লাক্ই।)

তোমাল্— হায় কেশো লম্বা ময়ায়দা নোক্-খেরহনা ঙাওশিন্নবিবদি করিগীনো? ঙরংগী ঙখা অঙাং মচা নখোয়না ঙাওশিন্নরিবনি হায়হনা খুল অমতদা লৈমিন্নবা নচন্-নচে লঙনবনা নঙোন্দা করি তোংঙ্গ? নখোয়গুম্বসিনা ঙাওশিন্নরিবনি হায়হনা মখোং-মরম্ ইথঙ্ খঙদরে। খঙ্লোনে ঙাওশিন্নবদা ঐখোয় পাবিনিংঙাই লৈতরিবনি; ঙসি ফাওবদা হন্দরিবনি। অহুবু নখোয়দোনা মুপী অঙাংদদি লম্ হেন্দে। ঐখে য়দি ঙাওশিন্নরবসু ইজং [ইর্জং] অর্মদ ঙ ক্না ঙাওশিননরিবনি খঙলবরা? ইশা ইতোম্তা য়ুদবু ওইরবসু জুরারদবু ওইরবসু।

মুপী নহাদা চগৎ-চগৎ তৌবকাদো ইজ্জৎ লৈতবনি। অহুগুম্বা থবক্তা লম্ হেনজমু। হায়বদা য়াদহুনা লম্ হেল্লবা শিজনি অত্তাং।

(তোমাল্ কেশোবু থয়া ভাডলন্লগ চৎখি।)

কেশো— হে-হে, ওন্থোক্নমু ভাঙলেদা। লৈকাইগী খুরানি মামনি হ'য়হুনা থয়া বেভার (ব্যবহার) তৌব'সিদা ওনথোকনা উশিংতনা ভ'ভথবে। কৈদৌনি ভ'ভংগো। তুমিন্, চৎখবগা তৌনিংবা থবক্ হেক্তা! ঐ কেশোনিদনা। থবা ভ'ভলম্লগা চংখিবা ফনহুম্ কৈ। তান্জা ভ'না চংখিদা। মীনা মুংশিদয়বমু লাইনদি চাল্লিদনা। সৈতা, লাইবক্তি ফবি।

(কেশো তমুবীগা কেতুকীগা হল্লকপা ভাউহুনা লৈ। তমুবীগা কেতুকীগা ঈশিং শোক্লুরগা হল্লক্ই।)

কেতুকী— তমুবী, কৈ লৈবা মকম্দদি তুমিং ত্তগল্লি হায়। মম্খিদোবে, থবা থুনা চংসি।

তমুবী— হোয়ানে কেতুকী, কিজে। শা হং চাবা কৈসে মীমুংশি কয়া খঙগনদে।

কেশো— কিকনুদা ইচনশা, ইবুং হেক্তা খিনবীগে।

তমুবী— কৈদি লায়বহুনা লম্হূইনা তেননবু কি ঐদি। লমহুই লৌশিং তবাইনা থনগমু হায়না অহনশিংনা হায়।

কেশো— তৌমুদা তমুবী, খঙলোই হায়না খঙশিন্নদবনি। নশাগীমু থয়া মখল্লু। চীন্ পাল্লি হায়হুনা প'ঙভাঙ্ ভাঙবহুজি

কৎতে। নশা লৈশাবীনি।

তমুবী– ঐনা করি হায়রজখরবগে?

কেশো– হায়দে-হায়দে। থুনা নয়মদা চৎখরে। কেতুকী নংদি ঐগা রা খরদং।

কেতুকী– হায়বীগদোরিবা রাদো তাজনবা নাকোং পান্জদবে। রারোবীগনু।

কেশো– অদুগুদি পাস্লি-পান্দে খঙগদবা ঙহাক্তা মঙায়রে।

কেতুকী– খঙবীহৌরো অদুম্, চৎলসি তদুবী।

( তমুবীগা কেতুকীগা চৎকে তোই। কেশোনা লম্বী থংনি। )

কেশো– চৎপা য়ারোইকো; ঙাইখৌ হায়রিবসিনি। সনাবুনদগী ঈশিংচু হৈদোকউ।

তমুবী– ঙাওশিনন্নু তা-কেশো খওইনা শে কলুরিবা ঈশিংবু হৈদোকউ হায়রিবসিবু কবিনো? নবুক্তু য়েক্পরা?

কেশো– নংশা চোৎকনি হায়বীবনি।

কেতুকী– কৈদৌদোরিবা?

কেশো– চিংদোরিবা। নশানা য়ানা চৎকে হায়বরা? নংতরগা চিংঙু হায়বরা?

কেতুকী– ঙাওশিনন্নু।

কেশো– ঙাওশিন্নন্নু হায়বনদি য়ারোই। হায়দু, নশানা য়ানা চৎকেরা?

কেতুকী– করি কানুনবগী ফাগী তোরিবনো? চৎলগেবা ঈশিং

অশেংবনি, শোক্লকনি।

**কেশো**— মতাং অসিদবু ফাগীনি খনববা ?

**তম্‌বী**— ভাওশিন্নবুকো তা-কেশো। ইতং হেক্ তৎতনা নংনা ঐখোযদা ভাওশিন্নবিবসি কল্লিগীনো ?

**কেশো**— নংবুদি ঐনা খান্দে চংখল্লো। কেতুকীদি ঐখোয যুম্দা।

**কেতুকী** থুলগী ইবুং অমনি হায়ত্তনা লৈরগা অহুম্না লম্চং নাইদবা অহু তৌবীম্ন।

**তম্‌বী**— অওইবনিকো তা-কেশো, কা-হেন্না ভাওশিননরবদি মী তাকচনি। চৎলসি কেতুকী।

(কেতুকীগা তমুবীপা চংকে তৌই। কেশোনা কেতুকা চিংগে তৌই। ইখুচ-খওংহীদনা তোমাল্ চঙলক্ই। কেশোদা থীনা চৈ। কেশো খওংতোক্ তোক্ই।

**তোমাল্**— কেশো! নং অসে মীবা? নংতবগা শংগা? থুল্গী নচন্ অসিদা নংনা ভাওশিন্নবিবসি কল্লিগীনো? কবি ফজ্জবগে? নশক্ অহু চিংনহুনা ভসাইমখৈ লোৎতুনা য়েংলিবনি। খুল অসিগী অতৈ অভাং নংদোনা কনা তৌই। নংনা অস্নুম্না তোবসি পেংনবা হৌজ-খেংখাং কয়া শুববনি। খবা ভাঙলগা তোকপসিদা নং য়াম্না উশিংতরে। নমা লুখবাবীন য়াবদো নংদি কবিমত্তা উদেনে। ইনদোন্ অহুনা য়ায়োখিনি হায়হুনা ফুবীদবনি। ফুনিংবদি খুৎ অসি মরেং মরেং চৎলবনি খওংজো, ভসিনা খদোক্পীবা অয়োইবনি। মতুংদা অমুক্

থেংনরবা নখেঙ-নখুং থুগদক্পরা, নমায় থুগাইবরা অমদি শোয়রোই। (লৈশাবীশিংদা) মুপামচাশা! চংলু খুরা নয়ুম্ ফাওবা থিনবীগে। (কেশোদা) নতিক্ থোকলগা ঐগী ইমাঙদগী অহুক চিংলোরাও হায়বা। শক্তাথৗসিদি।

(তোমাল্না তুং থংলগা লৈশাবী অনিনা মাঙ থাহনা চংখি। কেশো শাওনা লৈহোই।)

## থাওমৈ মুৎপা

## ৩বা উৎপা

### ইসকুল্গী লম্পাক্

[ মতম্—অহিংনি। মৗচিক্ মৗবাওখোন্ তাদরে। কেশো মতোম্তা তুমিন কি য়েংপা চৈ অমা পায়রগা লাক্ই। মতোম্তা রা ঙাঙনা ঙাঙনা কুরিংখাওদগী মৈখেং লোথো-ক্লগা চৈদা য়েংলিবা কি অহুদা মৈ চুই। ]

**কেশো—** ঙসিদি কেশো কনানো হায়বা খুনজ্রা পুম্বা খঙলনিদনা তোমাল্ হায়বা য়ুগক্পা জুরাররালা মানস্থ ঐঙোনদা অয়েংপা পীরি। খুনজা পুম্বনা কৈ-কৈ থাগৎনরিবা জুগোল্গী মঙ ঙগিদি মঙকাওনহনরা তারে। খুনজা অপুম্বনা হয়েং শঙ কাগনি হরাওনরিবা ইসকুল্ ঙসি ঐনা হরিবোল্ লাওহনা মৈ তিক্থোকপা অসি ঙায়দনা। হোৎজিকতি ঐনা ঙম্বরা মখোয়না ঙম্বরা খঙলগনি। মতম্ চঙনা শেল্ তিংনা হোৎনজবা ইসকুল্ হয়েংদি উৎকী মপৈ ওইনা মরাইনা

উত্ত্রবনি। জুগোল্গী হোৎনজমন্ উৎকী মপৈ। উৎকী মপৈ!! হা হাহা•• ••• কেশোদা য়েৎপা, কেশোবু মশক্ খঙদবা খঙহল্লগে। হা হা! হা••• •••••।

[কেশো নোক্লহনা মৈরাহু পায়রগা ইসকুলদা মৈ চুগদবগী চৎখি।]

কেশো– [মন্নাদা] হা হা হা••• (ইশি শিনা নোক্তুনা) চাকলে-চাকলে, মৈরী ফনা চাকলে। ওরং-ওরং চাকলে। হা হা••••••

[খুনজা মন্নাম্ ইসকুল্ মৈ চাক্পা খঙনরক্তুনা কোইলাও লাওনরকই। কেশো মৈরাহু হুনদোক্লম্লগা চেন্খোরকই অহগা মায়কৈ অমদা থ্না চেন্খি। খুনজা অপুম্বা চেল্লকই। ঈশি' বাপটিনন্'চংবা পুরহনা মৈ কননবা মহৈ-মহৈ কোয়চেন্ চেন্নৈ। জুগোল্সু চেল্লকই। মায়কৈ অমরোম্দগী চাওতোন্সু চেল্লকই।)

চাওতোন্ (জুগোলবু খাম্হনা) ইবুংঙো, নংদি কোয়চেন্ চেন্বা য়াওগন্নু। নকোক্তু ঈ হোৌগনি। ময়াম্না মরাইনা কনজনি মুংশা থৌগন্নদা।

(চাওতোন্সু মৈ কন্বা চেনখি। তোমাল্সু চেল্লকই।)

তোমাল্ জুগোল্ নংসু চেল্লক্লিবরা? য়াও-লাক্কনু। এখোয় তোগে।

(তোমাল্ অমুক্ চেনখি, শাজো চেল্লকই।)

শাজো– ইহে, ইবুংঙো নংদি কৈদোনা য়াওরিবনো? য়ুম্দা

লৈরুচো চৎলো, ময়াম্না মরাইনা কন্নবা হোৎনজনি । চাক্খরবসু অমা অমুক্ শাহু ভায় । য়ুম্দা হন্জিল্লো ।

(শাজোম্ন মৈ কন্বা চেন্খি । মীয়াম্ পূম্নমক ঈশিং পূ-পুহনা হংগৎ-হন্দা চেল্লি । জুগোদ ময়াম্গী তোম্বিবা মতো অমদি মৈ চাক্লিবা ইসকুল্ অমু ব্রা মচেৎ অমতা ভাঙদনা তুমিন্ খ্রেংজন লৈ ।)

থাওমৈ মুংপা ।



## ৪ শুবা উৎপা

### শাক্সোগী য়ুমঃ– মাংগোল

[ খুল্‌গী অহললোন্‌শিং মথং-মথং লাকৃই। মখোয় মশেল ইসকুল মৈ চাকৃখিবগী মরম্‌দা ৱারী শাই। ]

অহল্‌ – ১ – মুংঙাইতেদকো সৈতা, ওসি শঙ কাগদবা ইসকুলবু মৈ হেক্‌ চাকৃখিবসিদি।

অহল্‌ – ২ – ঐখোয়গী খুল্‌সিদা ফংতবা মী থরা লৈরিয়ে। কল-লক্‌তুনা মৈ থারিবনি।

অহল্‌ – ৩ – তোমাল্‌না মীশক্‌ থগুভি হায়রে। জুগোল্‌গী মপা র'বৈগা মখোয় অনিনা ফারগা পুরক্‌কনি হায়রম্‌মীনে।

অহল্‌ – ২ – হোয়নে, ঐঙোন্‌দসু হায়রম্‌ই। য়াবৈনা থুরা ইসকুল মৈ থাবা মীশক্‌তু কারগা পুরক্‌কে, ইকুবোক্‌খোয়দা ময়াম্‌ থরা তিনবীরম্‌উ হায়রম্‌ই।

অহল্‌ – ৪ – কনানিবু হায়বগে?

অহল্‌ – ২ – অ – কেশো হায়বা ঙাওশিননথরবা অভাংচু ওইরমান-নিনে।

অহল্‌ – ১ – ওইরম্‌গনি মাই-মচ'চু। হায়রদোরক্‌পদা পকৃই। ময়া অসিনা য়াজরিবা, মানা ওক্‌তরিবা।

অহল্‌ – ৩ – শেম্‌বদা থোক্‌তরবা অভাংনি। নৌরিবা অভাংশিংস মাগী মতো তম্‌চুনা মাঙবা তারে।

[ চাওতোন লাকই।)

চওতোন্‌ – ময়াম্‌ লৈনরম্‌মে?

অহল্‌ – ১ – লেংশিল্‌লকউ তাদা।

**চাওতোন্**— য়ুম্বুদি য়াওবা উদ্দেদা। কদায়দা ঙমনা চংখরে ?

**অহল ২**— তাদহু কদায়দনোমা চংখোক্খিবমাননে। অতৈদি নৈরিনি।

( জুগোল্ ইমুংদগী থোরকই। )

**জুগোল্**— ইপুখোয় ময়াম্না ঙনতানা তিন্বির্রবসিবু ?

**অহল ২**— ইবুংঙো, নংগী থুরা তোমালহুগা নং-পাজো রাবৈগনা নংখোয় য়ুম্সিদা ঐখোয়বু তিল্লম্মু হায়হুনা তিললরিবসিনি।

**জুগোল্**— অহুবুদি খঙজরে ইপু। ঐনা হায়জবদি ইসকুলদি মৈ চাকথরবনিনা চাক্থরে। মসিদা অমুক্ কাদোক কাজিন তৌহুনা খুনজা মশেল মুংশিনদবা হেনগৎনবগী মরম্দি নগুদি পাম্বা থরা য়াংচৈ। য়েংথিনবা হেনগদবগী শরুকপুদি তুমিন নৈবনা কৈ। তৌরিগা থবকশিং অসি খুন্জা ময়াম্গী কাননবনি হায়বসি মরাইনা গিয়ান তাজরককনি। গিয়ান তাবকলবা মতম্হুদা মাঙথরিবসি মহাক মশাগীন্থ অমাঙবনি হায়বা শোয়দনা খঙজরককনি।

**অহল্ ৩**— ইশুনা হায়রিবহুবুদি কজে, অহু ওইহুনমু মশক খঙলবদি মতুং মনাও তৌদনবা থরা কিহনবা কৈ। থুল অপুম্ববু উশিং থওইদবা য়াবরা ?

**অহল্ ১**— য়ারবদি থানাদা কোক পীখোকথরগা ঐখোয়গী থুল অসিদা নৈহনদবনা কৈ।

( শাজো চঙলকই। )

**শাজো**— ইচিন-ইনাও ময়াম্ শুনা তিনবিরমলে ?

চাওতোল– ওনতানা তাধনদি কদোম্দা লেঙথোকস্লুবা ?

শাজো– ইসকুল মৈ চাকলেদি খওদবনিনা শওকারগদবনি হায়রুনা ঐগ্যা (ঐজ্ঞা) পুরেনহু লাককনিদো। অহলগা ওইরে থংনবা খুল্দগী থাপনগা লাকপহু লুংডাইররোই হায়রুনা ওনতানা হায়দোকলুরিবনি। ঐগা পুরেনদি চংকদোরিবনি হায়রুনা চাইথববু লোইরমমে।

অহল ৪— করে তাদনা ওনতানা হায়দোকপীহোবা।

শাজো – ( জুগোলদা ) ইবুংঙো, নংকোকতুদি হিদাককা হাপলবরা

জুগোল— হাপলে।

চাওতোল– থরা কংতরিবরা ? করম্ তোরে ইবুংঙো ?

জুগোল– থঁরা-থরা তাইশিললে ইপু।

চাওতোন– করে-করে, মথাইনা কন্থরনি ইবুংঙো।

( রাবৈগা তোমালগনা কেশোবু পুল্লগা পুশিললকই। )

তোমাল– খুলগী ইপা-ইপল পুম্নমক ঐ.খায়না পুনহুনা পুজরক-লিবসি খুল অসিগী য়েকনবনি।

রাবৈ–ইচাগী কাদা য়েংলবনিনা ঐ অমা মাবু লেম্না থারোইদবনি।

চাওতোন– ডাইখো ঙাইখো, মচীন অমুকতা হংসি।

অহল ১– মচীন হংবা হংদবা অসুক কংতবা খুলগী মাঙনবা তোবা অডাং অসিদি থানাদা কোক্ পীথোকখিবনা কৈ।

জুগোল ইপুশিং পুম্নমক্ অডাংনি হায়রুনস্লু ঐগী রা লৌবিদবা তোবিগন্নু। কেশোবু পুললিবসি থাদোক্পীয়্‌। মহাকস্নু ঐখোয়গী খুল অসিগী মী . অমনি। ঐগুম্বা নগু অমনি। মানা কংতরবস্লু থরা রারক্-রাতেম্লগা লোইরে। থামাদা

অমুক্ পীবা-খোংপা হায়বসি তৌবিমু।

রাবৈ— তুমিন্ লৈয় জুগোল, নংগী নকোক্ থুগাইরিবা অদুমু কেশোনা নংতরা? মতুগী মমাংদমু নাওরীনা নকোক্ অদু তমলমলবনি। ঐ থেংনবদগী তোকখরিবনি। হৌজিকনা অমুক্ ইসকুল্ মৈ থারে। মানা তৌরিবসি নঙোনদনি খঙলবরা? মাবু লেম্না থাবা য়াবরা?

জুগোল্— পাজো, মীনা কংতে হায়দুনা ঐবোয়মু হেকতা ফংতবা ওইরগদরা? য়ারবদি ফংতবা মী অদো অফবা মীশক অমা ওইনবা হোংনবা দরকার ওই।

রাবৈ— নংগী অদুকা চংনদে জুগোল, ইপাগীদি ইপা-ইপুগী পাওরো চেং পুরগা চেং শিং ফো পূরগা ফো শিং।

তোমাল— কেশো হায়রিরা মীশক অসে জুগোলদদা নংতনা খুলগী মচন মচেশিংদমু য়াম্না ঙাওশিননৈ। হনদককী মতাং অসিদদি মহাক ঙাকপীকম্ ইরৈ লৈতরবনি।

চাওতোন— ঐ রা অমা হায়গে। রাবৈ নখোয় নপা-নচাগী রা অদুমু তোকলো। মৈ চাকখরিবা ইসকুল অসি খুলগীনি। খুলগী পোং শোকলবনিনা খুনজাশিংনা য়ানবা রাদো চংনবা তাই। থানাদবু পীরবমু ঙাকপু ঙাকপীরবমু ময়ামগী রা তারগা লেপসি।

জুগোল— ঐগীদি ইপুখোয় ময়ামদা কেশোবু থাদোকপীয় হায়জরিবা অসিনি।

চাওতোন— তাধন, তধননা অহলনি। কেশোগী মচীন অমুকতা

হংবিয়।

শাজৌ– ইবো, শা-শল্লমকুম্ব নংতে। পুল্লিবহুদি থাদোকপীয়দা।

তোমাল– ( পুন্না থাদোকলহুনা ) চেল-লাক্কম্বুকো অঙাং, চেল্লবদিনে নখুউকাং কায়জনি।

শাজৌ– চেন্গম্ব-চেনগম্ব, হৌজিকৃতি ময়াম্ তিল্লবনি। চুম্না চুম্না খুমউ। ময়াম্ অসিনা ঙরাং ইসকুল মৈ থারিবসি নংনানি হায়রিবসি চুম্বরা?

কেশো– অচুম্বনি, ঐনা থাবনি।

শাজৌ– অহুদি করিগী থাব্রিবা? ইসকুল অসি খুল্গীনি। খুল অসিদা নংগী মুংঙাইতবা করি লৈ?

কেশো– থোইদোক্পা মুংঙাইতবা লৈজদে। অপঙবা ওইবদগী থাখিবনি।

তোমাল– অহু হায়ম্ব অঙাং। নচৌনদি হেক থীরদনা। মুংঙাইতবা লৈতরবদি করিগী মৈ থারিবা? খুবাক্না থাজিল্লুরা?

শাজৌ– ঙাইখো তোমাল। কেশো, ওইদবা ঙাঙলবদি কনানম্ব নংবু মু'শিবীরোই। চুম্না চুম্না খুমউ। নংতরবদি ময়াম্ অসিনা নংবু শোয়দনা থানাদা পীগে হায়রক্কনি।

কেশো– অচুম্বনি; ঐনা হায়জবিবা। খুল্দা ঐগী মুঙাইতবা করিম্ব লৈজদে। ইরনহাই ওইনা জুগোল্গা ঐগা মুংঙাইনদে। মহাক্কী থবক্ খুদিঙমক্ ঐনা কায়নবা-মাঙনবা শীল্লি। নাওরীনা নোংমা মাগী মকোক্ খোম্গে তৌই হায়বহুম্ব অচুম্বনি। অহুগা মকোক্ কাম্রিবসিম্ব ঐনা

থুগাইবনি। ওবাং অমুকন্সু ঐনা মানা শিংথংপা ইসকুলনি হায়বা অসিগী রাথলদা খুনজা পুমনমক্কী কাননবা শাবা ইসকুল শওম্সু মৈ থাদোক্লুরে। মসিদা নংতনা ইচন-ইচেশিংদসু ওাওশিননৈ হায়বসি অচুম্বনি। ঐ য়াম্না ফংতবা মীনি। ইশাগী ইরাল্ ইশানা য়াজরে। ময়াম্না পীবা চৈরাক্ ঐ করিমতা শাওজরোই।

**চাওতোন্**— জুগোল্গা নংগা সুংঙাইনদবগী মরম্দি করিগীনো ?

**কেশো**— সুপী অঙাংগী মরম্দা সুংঙাইনদবনি। অতুবু ওসিদগী ঐ সুংঙাইনদবা অচু থাদোক্চরে। জুগোল্গী লম্বীদা ঐনা অয়েংপা ওইবা পুম্বা ওসিদগী তোক্চরগে। ঐ ওসিদি গিয়ান্ তাজরে। ইরালগীদমক্ ময়ামনা পীবা দনাদ (দাণ্ড) হরাও-হরাও য়াজরি।

**জুগোল**— কেশোনা হায়রিবসি ময়াম্সু তাবিরে। মহক্কী মরাল অসি ওাক্পায় হায়না ঐনা হায়জরি।

**রাবৈ**— মচু য়ারোই। নীল্গুম্ মরৈ অনি লোওলম্লবদি ?

**কেশো**— চুম্মই, অমুকপু শাঙ্গহন্বিদরবদি মতুংদা ফনা ফবা থবক্ তৌহুনস্সু থাজহন্বা য়ায়। ঐনা ইরম্চং ফংতবনা ইশাগী থাজবা মাওহনজরে।

**শাজো**— ইনাওশা ইচাশা ! ময়াম্গী করি রাই তাসি হায়বা ?

**চাওতোন্**— ঐগী য়া অসি ময়াম্ অমুক্তা তাবিয়ু। ফনা ফংতবা মী ওইহুনস্সু কেশো থুল অসিগী মীনি। মশানস্সু মরাল্ পুম্বা হায়দোক্তুনা নিওম্দবা কোওদোক্লি।

পীকম্ থোক্পা দন্দি পীবস্লু হরাও হরাওনা য়ারে হায়রি, অসিগুম্বা ফিভম্ অসিদা মরাপ লৈ হায়তুনস্লু ঐখোয়না মাবু পঙলাক্ লাক্নবিবা হায়বসি ফংতে। মাগা মুংঙাই-নদরিবা ইবুংঙো জুগোল্ মশানস্লু কেশোবু ঙাক্পীতুনা থাদোক্য় হায়জরি। অতুগীস্লু মথকতা কেশো অসি মমাংদা কয়া অমা ঙাওশিন্নরবস্লু খুন্জা ময়াম্গী মমাংদা পুথোক্তুনা তৌবা অসিদি ঙসিগীসিনা অহান্বনি। অহুনা মাবু ঙাক্পী-রসি হায়বদা ময়াম্গী করি য়ানিংদবা লৈবগে ?

তোমাল্— মরম্চংকী হায়করবদি ঙাক্পীকম্ থোক্তে খল্লি।

শাজৌ— তোমাল্, য়াদ-লাক্তবা তৌরগু। রা শাংথতুনা কান্নদে। চাওতোননা হায়রিবা ফিভম্ অসিদা লোই-শিননবা তৌরসি। ময়াম্না করি হায়রিবা ?

অহল ৪— করে করে, লোইশিন্বনা করে। ইবুংঙো জুগোল্গা কেশোগস্লু চাননরো। খুনজা মশেল্ খংন-চৈনবা হায়বসি ফংতে। খুনজা মশেল হুংশিননা লৈবনা কৈদা।

অহল২— হোয়দা, অতুম্ তৌরসি। য়ানিংদবা য়াওরবস্লু অস্লুম্ য়ারসি। ইপা-ইচা ঙাকতনি।

জুগোল্— মুংঙাইজরে ইপুশিং পুম্নমক। ঙসি ময়াম্না ঐগী অনিঙবা থুংহনবীরে। চাকচখিসস্লু ইসকুল। খুনজা ঐখোয় পুম্বদা পুকচেল খোইজেল তিনন-চান্ননা লৈমিনন-রবদি অমুক্ অনৌবা অমা শাস্লু ঙায়। অতুগা মরুপ কেশো, ঐ রা অমদি হায়জগে। মমাংগী মতম্দা মরুপ্না

ঐবু য়েকনবা অমা ওইনা থনবীরবনু ঐদি কদৌঙৈদনু খন্থিদরি। হৌজিকতি মরুপকী থমোয়দা য়েকন-রাখল লৈতরে হায়বসিদা ওনথোকনা মুংভাইজরে। ঐখোয় ইশেল কনানা কনানো? কনানু খেননদে। অমতা ওইনা খুল অসিগী চাওখৎনবা হোৎনসি। চাওখৎপগী লম্বীদা খোঙথাং অমতদা চৎমিননসি। অপূনবগী লিংজেলনা পাংগলনি।

কেশো— অচুম্বনি মরুপনা হায়বিরিবছু। পুক্চেল ফৎতবা মী হায়বছু ওইরুবনা শেরাননবা লম্বীদা চংলুরে। ভসি ঐনা গিয়ান তাবিবসি মরুপকী মতেংননি। মরাল লৈববা মীশক্ অমবু ভসি মরুপনা ময়াম্গী মকমদা ভাক্পীরু হায়না হায়জব-দুদা ঐগী থমোয় অসে খাঙবা ভম্দরে। তশেংবদি ঐ লৌখৎনিংঙাই লৈতনা মরাল লৈরবা মীনি। অদুবু মরুপনা ঐবু লৌখৎপীরে। মরুপনা খুল্ অসিগী য়াইক থৌরা' কয়া প'য়খৎপদা অ:চৌবা থৌদাং লৌরহনা কৎতবা ইরম্চৎকী পরাইচিৎ (প্রায়শ্চৎ) তৌজগে। ময়াম্না চৎপা চাওখৎ খোঙথাংদা ঐসু খোঙথাং অমতদা থাংবা ভম্নবা হোৎ-নজগে।

শাজো— অদু ন-অদুনি, ঐখোয় থুনজা মশেল্ থৎনবা য়াবা নংতে

তোমাল্— ইপা-ইপল ময়াম্না য়াবৈ ইবানিবুসু কৎতবশিংগী মরক্তা অমনি হায়না লৌবিরি। মদু হৌজিককি লৌবিরগনু। জুগোলনা খুল অসিগীদমকতা পায়খৎলকপা থবকশিং অসিদা ঐখোয়সু ভাওশিননবা তশেংনা ইকাইজরে।

ঐখোর অনি ওসিদগী য় থকপা, জুরার শান্নবা তোকচ-
রবনি। তোকপদা নৎতনা থুল অসিদা কঁনাওম্বনা জুরার
শাননবা, য় থকপা তোরবা মচু খিনমবা ঐখোয়না
কননা হোৎনগনি।

রাবৈ – ঐবু ইরমচং কৎতে হায়দুনা ইকুবোকনা ইনথোকপীরিবসি
কনা কুইরবনি। হৌজিকতি য় থকপা, জুরার শাননবা
হায়বসি ইশানা কৎতে থওনা থাদোকচবনিনা ঐবু অমুক্
ইনথোকপা হায়বসি তৌবিরগনু।

চাওতোন্ – ইবো, নচীন্না থাদোক্লে হায়রগা হেক্ রাবরা?
থবকতা থওগনি; নংসু তোমাল্সু কেশোসু অদু মঙার।
মী থুদিঙমক্ হয়েং হংচিং নম্বা শেম্গদৌরিবা আসদা
লোইনা চাং য়েংগনি। কৈ-ফৎতে মীগী মতিও থওপদবা
কুইদরে। নুমিৎ অসিদা ঐখোইগী থুল্ অসে খোওথাং
অমতদা লিংজেল্ মাননবা থাংবরা হায়বদু উবা কংলগনি।

অহল্ ৪ – চুম্ই, হয়েং হংচিং অসি মী থুদিঙমক্ হমুবস্থ-নহাস্থ
মুপীসু-অঙাংসু লোইনা মশক্ থওনরনি। খেঙনবনি,
ওসিদি লোইশিল্লসি।

শাজো – ফরে, মম্বাম্ হননবা য়ারে। থবক্ ইনথাং তোনর-
বনা ফরে।

জুগোল্ – মরূপ কেশো, ওসিদগীদি চানন-চিননবা চাওথংপগী
খোওপাং থাংমিননরসিকো।

কেশো – ফরে মরূপ, ওসিদগী ঐ নহাক্কী থাজবা য়াবা

মীশক্ অমা ওইনবা হোৎনরগনি। ঐ চৎলগে। ইপুখোয় ময়াম্, ঐ হনজয়গে।

জুগোল- করে।

অহল্ময়াম- করে করে. তাওশিনরগকো। ঐখোয়স্সু চৎনরসি।

(ময়াম্ মথং মথং চৎনখি।)

থাওমৈ মুৎপা

## ৫ শুবা উৎপা

### লম্বী

(খুলগী সোশিয়েল সারভিস। নুপী-অঙাং, নহা-অহল হায়বা নাইদনা থবক শুরি। লৈবাক পোলাং-পোলা হোনহনা লম্বী শেম্লি। জুগোলনা মকোক ওইনা চিংহনা শুরিবনি। কেশো, তোমাল, য়াবৈ, চাওতোন, শাজৌ, অতৈ খুলগী অহলশিং পুম্নমক য়াওই। লৈশাবী কেতুকী অমদি তম্বীস্সু য়াওই। ময়াম্ পুম্নমক অমত্তা ওইনা লিংখৎল মাননবা উৎলি। ময়াম্গী থবক্ শরুবগা তান চানা মনুংদগী নুপী নিপা অপুনবগী খোনজেলদা ইশৈ শকই।)

ইশৈ:-

পায়রসি থোদাং ঐখোয় প.ন.না
ম্লাইক-থোরাঙ অমতা ওইনা।
চাওথং-খোঙথাং থাংলসি ঐখোয়,
খে'ঙথাং অমতা। চংলসি ঐখোয়।
কনানা অঙাং কনানা অহল,
কনানা মুপী কনানা নিপা
খায়রোই-খায়রোই, ঐখোয় অমতনি।
লিংজেলগী লংলানা চেংনা পুনগনি।
শেমগনি ঐখোয়না ইশাগী থুনগং,
চাওখংনবা হোংননি ঐখো'য়গী থুনগং।
পায়রসি থোদাং ঐখোয় প.ননা
ম্লাইক-থোবাঙ অমতা ওইনা॥

জ.গোল— ময়াম পুম্নমক থবক কন.না শ.নরবনিনা য়ানরম্লগনি। ওহাক্ অমুক পোংথাসি। হৈনো মখোঙ.গী উরুম্দা ময়াম্ প.ম্নমক্ পুননা ওহাক্ ফম্বীয়ু। চাননবা করিগুম্বা থরা থরম্ম য়েন.জগনি।

(খুনজা পুম্নমক্ থবক্ খাদোক্তুনা পোংথাবা চংনখি।)

জ.গোল.—হে। ইপুখোক্, লোম্দা অমুকতা। ওহাক্ পোংথাখিসি।

চাওতোন— (মমুংদগী) লাকলে-লাক্লে, নখোয় পোংথারবলো।

(জুগোলন্ম পোংথাবা চংখি। চাওতোনগা শাজোগন্ম পোংথাগদবগী লাকই। মখোয় অনি য়ারী শানৈ।)

শাজো– চাওতোন, শেম্লবদি লম্বীসি হেক্ মকথৈশ অসিদবু নং থারবদি লৈখোম্দি খোক্লরোইদনা।



খুনজা পুম্নমক্ খুলগী লমবী শেম্লি।
( সোশিয়েল্ সারভিস )

চাওতোন.— অচুম্বনি তাধন্। ইবুংঙো জুগোল্মক্ নংলম্দরবদি অন্নম্ ওইবা কদায়্দগী ? মহাক্না লম্ চিংজনা খুনজা অপুম্বা চাওখৎপগী লম্বীদা খোঙথাং অমতা ওইনা চপ মান্ননা চৎমিন্নবা হায়বদো ওসি ঐখোয়না উবা ফংলেদোসে

শাজো –খুনজা অপুম্বনা খোঙ্থাং অমতদা চাওখৎপগী লমবীদা।

চংপগা লোয়ননা নংগী নগুম্নুপী কেতুকীগা ঐগী ইশু জুগোলগা অনিগী পুন্সিন্নু খোঙ্থাং অমতা ওইনা থাংমিন্নহ্নুনা চংমিন্নবা ওইসন্নু ।

চাওতোন্— মহ্নগী মুংঙাইবা কুম্মৈ অদো তাথন্ নং ঐ য়েংখিসিকো ।

শাজ্রো— য়েংখিদদিকো, খুল্ অসিনা চাওখংলক্পগা লোয়ননা ইশু অনিগী মুংঙাইরবা পুন্সি য়েংদনা শিবা য়াবরা? লাও, ঐখোয় অনি কোন্নসি ।

চাওতোন্— কোন্নসি তাথন্! চাওখংসন্নু ঐখোয়গী খুন্গং। ইশুগুম্বা কয়াগী লম্জিং মথাদা ইরৈবাক্কী খুনগং কয়া চাওখংপগী খোঙথাংদা অমতা ওইন থাংহ্নুনা জাতিগী য়াইফবা পুরক্সন্নু ।

(শাজ্রোগা চাওতোন্গা চেজেৎ কোন্নৈ ।)

[ তপ্না তপ্না ফিজ্ঞঙ্ হাইজিললকই । ]

লোইরবা

---